


# অশ্বেবগী জয় ভাই

( নোংজাই ঈচিক্কাজুম্মদা )

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

# অশৈবগী জয় ভাই

( নোংজাই ঈচিকাজুম্মদা )

শৈরাংভবা

অশাংবম শ্রীমীনকেতনসিংহ

মওাল উবা
শ্রীথৈগী কুমদা ১৯৭৮



মখা ( অহানবা ) ক্রেণ্ডলু ইউনিয়ন প্রেস,
ইম্ফাল ( মণিপুর )।

( অনীস্থুবা ) আর বি প্রিন্টিং হাউস,
ইম্ফাল—৭৯৫০০১।



কোওবা — শৈরাংবা মশা।

থূংনম ( অহানবা ) ১৯৭৮ ইং
( অনীস্থুবা ) ১৯৯০ ইং



কোপী ( অহানবা ) ১,০০০ থক।
( অনীস্থুবা ) ৫০০ থক।

মমল — লুপা ৩০, থক।

ফংভম — এ, মীনকেতন সিংহ
উরিপোক, পঙ্কারমনীং,
ইম্ফাল—৭৯৫০০১ ( মণিপুর )।

# কচ্চবা

ইমা,
কৎলি নখোঙ থুম্নাথাদা
নচাগী
'অশৈবগী জয় ভাই'!
থওদে কোম্মরিগত্রা
ইমাই খোম্লিম্নগী মমল!

নচা
তোম্বা মীনকেতন

# রাহৈ অমনীদং

নোংমা জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স্ একাদেমিদা কুইন্দ অমা য়েংলুই। থেলেনি, মংশক্ কৌই। কংলৈরোলগী অরাবনা হোৌবা, অরাবনা নপূং চেন্‌বা, অরাবনা লোইবা, হুংশিরবা মতাং অমা উংপনি। রাজকুমার প্রিয়গোপাল সমানা পানৃথংপনি। নটরাজসিগী গুণনা মতাং অসি শংশংনা মূর্ত্তি পান্মুনা চোংথোকপগুম্ উথি—তাথি থম্মোয়দা নীংথিবা মমি। অচিকপা অহিংগী ঊচিকী কাজুম্মদা ফমহুনা পোথাবা মতমদা চলচ্চিত্র মতম মিত্তা হেক্ হেক ফাওরকথি—পোকথি অহুনোং ঐগী নোংমাই ঊচিকাজুম্মদা' কৌবা প্রেমকাব্যসি। অতবু, নটরাজগী থেলেগী নীংথিজবা মনীংথি অহুদি ঐগী কাব্য অসিদা য়ৌনা ভাকম্ থোক্তবনা তাররোই। কারণমতু লৈতে হংলুবগী 'কবিনোং'! ফজবগী মফম, নীংথিজবগী মনীংথি রাহৈনা থাবা মওমহৌবনি কবিহংদা কদৌমুং। অহুনা, তুলসীদাসজীনা শকলম্লিবহুনি—

উচৈজ মিৎনা ফজবা,<br>
থংচৈজ লৈনা শকচবা।<br>
য়াম্ভে মিৎকম্ লৈগীনা<br>
হক্তে মচৌম্ মিৎকৌনা।<br>
থাকগবা কই করম্<br>
থৈনা লোইনা মশকম্<br>
ফজবগী মফম!

ইতি

শৈরাংবা

## কৃতজ্ঞতা-স্বীকার

মণিপুর ষ্টেট সরকারগী সব্‌সিডী থরদং লাকপা মানা লৈরি। অদুনোং মাননীয় সরকারদা ধন্যবাদনা মাওদা থা উচ্চরি কৃতজ্ঞতা ইকোক নোন।

শৈরাংখা

# কাব্যগী পরীং-লা

## নান্দী
### শৈখোং



### শৈরো



## নেপথ্যদা চণ্ডমুখা
### অহানবা সর্গ



## মকক্সুংলো
### অনীশুবা সর্গ

## উত্তরমখণ্ডা

### অহুমশুবা সর্গ

# অশৈবগী জয় ভাই

## ( নোংজাই ঈচিক্কাজুম্মদা )

নান্দী

শৈথোং

### মিত্তা বেলে অমা হেক্ হেক্ উবা

য়েংদুই নোংম্মা হুটৈ অমা—বেলেনি হুংঙাইবা,
এক্কাদেমি মশকদনি—বাম্নীনি হুংশিবা।
খেলেনিনা মুক্কদগে মিংকা নাগা অনী,
থক্টৈ থ্ম্মা রসামৃত মনীং তম্মা মিংশনী।

কংলৈরোল্পী মতাংমনি হুংশিনা কজবা—
নোংদম্বনা করিদগী খঙ্দে সেম্লম্লিবা!
মতাংনিদো হুংশিল্লবা অরাবনা হৌবা
অরাবনা মপূং চেনবা অরাবনা লোইবা।

তুথি লাল্লা মরাম্পুংদা মৈদিঙ্গু থুক্কাউবা—
সনা লীকথাং পাইতুথোবা লেঙ্খি কিমল্ থুনবা।
মাদবনা থোঙ্গু মাওবা লেঙ্খি মদোম্ পাখৌ,
য়েক্লথুত্তা মাঙ্নীংচিং লু হিংখি লালোই নিংথৌ।

## নোংজাই ঈচিক্

মিত্রা বেলে অমা

খুম্লাকপই খরায় থোঙ্জিল্ ওং মদোম্নি শাংপা লৈ
কন্থি বানা পাথো মাবু—কোলোম্না ইঙাটৈ।
পীখি তম্না চঙ্ফম্ মাগী মপল্ মকাইমক্তা
কংখি প্রেম্সেবা মাগী কা অৱাথোঙফম্গদা।

লঙ্খি কাদা পলেম্পঙ্গো ছুংশি মাগী মতুং,
লোম্না থূনক্ সনাফিমল্ ইন্নুকখি মথুক্তং।
খঙ্গোয়পান্‌বা নিংথো মাস্ত চংখি থোইনা হেন্না,
শিংখি লমল্ চুজা মাগী নৈমৱেল্থুতম্না।

থোঙ্লেঙ্খিডৈ নিংথৌনা লাল্ মশানৌ কম্নবা
তাংম্বাকপিখি নৈমা মাবু নৈনি চৌংদা শাংপা।
কক্লু থোঙজিল্ মপাম্ লম্দম্ ছুংশি মাগী মতুং
লোইশিন্নগে মুজাপুন্‌শি তম্খি লাঙ্গোলোক্লুং।

"থীনমক্ল তন্নশিদ" কপ খি নোংদম্ তন্ কৌ,
"তাম্থম্বেদো পাম্ম নংদি" কপ্খি থংলেল্ 'মুক কৌ।
তুম্দে হিগ্রে চাদে থক্তে—কম্নি অচুম্ কঙ্গি,
"চংলে পাম্মু ননাও ঐদি" কম্নি লেপ্তে কম্নি।

কপ্ল্গনি কম্না কুইনা—তংথম্নক্লে সোৱ,
পথম্নক্লে মুজাহক্চাং—চিংঙম্নক্লে সোৱ।
কাংঙনা লোইঙম্ মপুনশি তথ তথ সোৱ্
লোইখি হুজা নোংদম্থীবী সুম্ তথ তথ সোৱ্।

## হেক্ হেক্ উবা

মশানা তুংশিবা ৱারী তুংশিবনি থোইনা
থম্মোয়পান্‌বা ৱাক্ম মানা লীয়ো থম্মোয় শোক্লা।
মশানা তুংশিবা ইশৈ তুংশিবনি হেন্না
থম্মোয়পান্‌বা অশৈ মানা শক্লো থম্মোয় থোন্না।

ৱাঙাঁডিদো ময়েক্ পরেং থোক্কি মাগী গুণনা,
পাউদম্মিদো লৈয়ি পরেং ভুৱি মাগী গুণনা,
শৈশক্‌ইদো হস্তক্ পদক্ নৃত্য মাগী গুণনা—
ওম্মি লোইনা কলাকার থৱায় হাপ্পা লায়না।

চোংথোকখিদা মূর্ত্তি শান্না মাওদা নৃত্যকলা—
লেংখি অৱাবই লৈপয়েং নীংথিজবী লংলা।
লৈরংবীনি লাইরেমগী—নীংথিজখি লৈয়েং—
হুখি পুক্নীং উবদদা অৱাবই লৈপয়েং।

কংলৈয়েংদগী তুংশিথিবা পিয়োয়নবা মতাং
লেপ্‌খি মাওদা মূর্ত্তি শান্না—মিৎলুদদি পিরাং।
লীখি অৱা' মথং মথং শিংনা লোইনা মথাঙ—
তারক্‌পদা তাবুক্‌থম্মোয় শিহুখিদো পিরাং।

উয়ম্নবা বেলেহুম্ লীরম্নমোই হায়ি
ভেংথা নাউওই থন্‌খি ইদোম্ মশাই অৱাবায়ী।
সোরম্নমোই চান্দী তান্না পলেম্ মতং তাম্ তাম্
নোংমাই চবুক হেক্ হেক্ লোমক্ থোন্নাং হেক্ হেক্ তন্ লাম্।

# নোংজাই ঈচিক্

মিত্রা বেলে অমা

নোংজা ঈচিক্ হেক্ হেক্ হুরক্ অচিক্পা পুন্দোমনা
হাইদোরকুই অকাউফিজং অঙম্ হেক্ হেক্ তপ্পা,
চুপৎলকুই নীংসিংমৈরা অহম্ হেক্ হেক্ ডান্না—
শংন্নরকুই বেলে অদো অহুম্ মথং শিংনা।

সংসারগী অরাঅনং চম্থি লোইনা মহু,
অকিঅথং লৈতলাইরা তেক্থি লোইনা মমু।
নোংজাই ঈচিক জুম্মদা ইদোম্ ইনীং তন্না
থক্থি থূন্না রসামৃত মর্ত্ত্যসিদা লৈনা।

ঈংঙৌরক্থি তন্না মিৎলু শিঙ্ঘরক্থি পিরাং,
লৈতে শিঙ্গে অতৎঅথম্ অমিংবই পিরাং।
থন্থি হুংদা ইদোম্ তুমিন্ থঙলেদনা লক্কী—
লৈরম্লেদনা কলাদা মীগী মুক্তিলহী।

---

# শৈহৌ

## কনাদা স্তুতি কংপা

খন্তনিদ কনা নংসে কনা নঙ্গী সেবী—
মানি নংসে নীংথিজবি আনন্দই মশক্কম্,
মানি ম'নি নংসে দেবী মসপ্পী ঊহৌকম্—
থক্তৈ 'হুনা সেবীদনা মস'মৃত দেবি!
পীটৈন থুভম্ অনী অনী নংনা নংগী সেবী
স্বর্গমর্ত্য অনীমক্তা অময়ম্মি 'ময়ম্।
তিনি তিনুই স্বর্গমর্ত্য থৈনা পুজোয় 'ময়ম্—
খোজাম্নিদে খোজাম্নি নঙ্গী খোজাল্হৈবি!
সংসারগী অবা-অনং চম্মি লোইনা মহু,
ফংলবদা নঙ্গী সেবা—পীনৌ ইমা সেবা!
পিদোলবা নদাইনিদো—তাবি থুয়াথাদা।
অকিঅথং লৈতনাইবা তেক্কুই লোইনা মমু
ইমা নঙ্গী খোজাম্দনা—নিঙৈজ পীনৌগবা
তাবুক্ ওইবা খঙ্মোয় অদো তোলবা নদাইদা!

## লোংজাই ঈচিক

মিস্ত' বেংল অমা

চুখান্ত লীলা—

মানি অৱাবনা হৌবা,
অৱাবনা লোইব',
অৱাবনা মপুং-চেনবা লীলা।
তাই 'সিদদি পুনশিগী মনি,
মুদি 'হুনা অহুম হেক্ত মী

কৌনৈ মীনা হুংশিবা ইশৈ
তম্লো মানা অৱাবই মপাউ,
হুংশিবা লীলা
খুকলো মানা খম্মোয় তাক্লো পি।
কৱিমা !
মানিদো মীওইবগী পুনশি
চুখান্ত লীলা
পিনা লোইবা
মৈতাম্না ৱাথৈবা।

কাবুরেবা

# নেপথ্যদা চঙ্‌লুবা

## অহানবা সর্গ

### ময়াম্ খুল্লাকপই মকাইদা

মুহি মর'ম্ খুল্লাকপগী—কানা লপ্লেল্ কানি,
উখি চাবু পিক্তকপ'মা—লপ্লেল্ শগাইদনি।
তাখি ভংদা চাবুসিগী মনা লুরেল্ অমা—
নোংথে লৌমীং লৌমীং তিংনা ফ'ঙম্‌দবা য়াই'মা।

ফংদু য়াইসি লাইকু'মনা কায়বনি থাম্মা
থাইরবনি ময়াম্মাবা পোক্চরমল্ নোংমা।
ভাঙ্‌অ লিক্লা য়াইপুবনি শক্করবা মানি,
লাজোই শাদা য়াইচেনবনি সোয়রবা মানি।

থম্বিবনি চেৎনা লুংদা থানগনি লুখা,
লিংলুগনি সনা ঈনা আদা মৌনাই ফুংগা।
চৌংলিবনি শান্নুগনি অশিরম্‌দা থোয়না
শাজবণ্ডম্ সিদা লুপী থোয়না বাংনা চাউনা।

# লোংজাই ঔচিক্

নেপথ্যদা চঙ্লুবা—

য়াঙ্গি লকাং মতুম্ মতুম্ টাবু মশা কোয়বা,
থুরি মিয়াং মথোল্ মথোল্ থকৃষ্থ থাম্থ পূথা।
তাঙ্গি কুইরে লু:রেঙ্গিনা তাবা টাবুগ্নংদা,
শোক্তে শোক্তে টবুহবু কদৌ করিগ্নংদা।

অৱাবনি থল্লবদা মীওইবগী পুন্শি—
হেদৌনিঙাই লৈতে করি য়াইফরিদো ঙসি।
ঙয়াং কোক্:থালৈতেংনবা নিংথৌ সনালুরেল্
তারি ঙসি য়েক্লটাবু কারি য়েক্লল.প্নল্।

লোইরে সিদা "মরাম্ খুল্লাক্পই মকাইদা" কৌবা
"নেপথ্যদা চঙ্লুবা" হায়বা অহানবা সগৰী অহানবা অধ্যায়

# অহানবা সর্গ

## অনীসুবা অধ্যায়

### লুগী পরিচয়

নিংথৌশিংগী কোকথোল্ লৈতেং মৈদিঙু খুজাউবা
খোঙফয়খি লালোই খোঙফম্ ফখাল পুন্শিচুম্না
লাইনা থাবা লালোইনিদো ভেংথানখি মশুং
লৈখিদেদো চীংতম্ 'মস্ত তাখিদবা খোঙ্জুল্।
নোংলৈ মতম্ শজিবুগী ডকখি মায়গৈ নীপাল্
ফুকখি লোইনা মফ ফংনা উজাউ খিবিক্ উপাল্।
তেম্খি উরোক্ উকল্লাংবা কোকখি লোইনা উমং,
খিন্খি উযোং চীংদা তম্দা ইমং ইমং ইমং।
মালং ইপোম্ ইরোয়ননা পাইখি শেশাং পমেং
থোন্খি পজেংকিয়াল্ চাম্বা সনাকোকথোল্ লৈতেং।
তুখি লোইনা চীংবু তম্ সনা খুয়াথাদা,
কাখি লোইপোং কুম্জা খুদিং লোইদাম্ মেয়া থাদা।
নিন্খি পুম্মিল্ সনা কংলা মেয়া হাওজোংথোম্না—
শোয়ারেল্গী লৈথাক্লিদ শকখি অশৈবনা।

কোয়ো মানা শেনবা মতম মঙাল্ চাউনা মালেম্
শেন্‌বিথি সনালৈবাক্ নিংথৌ মানা চীং লেম্।

# লোংজাই ঈচিক্

নেপথ্যদা চঙ্লুবা

থাজ মানা কোইবা মতম্ মঙাল্ চিক্লা মালেম্
কোইথিবনি পোইবৈ মৈতৈ মচাই থাক্তা তন্ তেম্।
তারকথিদে লনাহাক্তক্ কনা থাগী থাজ্রং,
লৈতাথিদো সনালৈবাক্ মাইকমঙ্লাল্ তন্ মঙ্
চেঙ্না কৌনা থিন্থি চীংদূম্ পাথি চেক্লৈ কৌগে,
লম্না থুম্না কাথি ইশং পুকৈ চোম্না লন্গৈ।
অবাঅনং লৈতলাইবা চম্থি লোইনা মহু,
অকিঅথং তুজুং-মাঞ্জুং তেক্থি লোইমা মম্।
"মাইকৌ নিংথৌ মাইফবঙ" পেন্নে ঐথোয় লৈবাক্
"পাক্তৌ নিংথৌ পুনশিতম্" লাউথি লোইনা লৈবাক্।
পান্থি অসুম্ সনালৈবাক্ সনাসেক্পিলথাদা—
চাথি মাম্ব নিংথৌ ওইমল্ ফথাল পুনশিন্থুংদা।

লৈদো 'হুবু তাবা মতম্ লৈতে কোবৌ 'সুম্ ঙাল্,
থাজ মাম্ব অহুমঙায় লৈতে কদৌ 'ঘম্ ঙাল্।
কন্নে কম্না তুইদো লাঙ্গোই তুইদো পাখা কৈরেল্,
মঙ্গণ্লৈবা তাঙ্খ লোইদো লোইদো তুখি লাইরেল্।
উইরে উইনা ফুকুই মক তুইদো পামেল্ উজাউ,
থাঙ্লে থাঙ্না কন্নে কম্না তুম্দি থৌহু নুংজাউ।
লৈতে করিকমামত্ত মালেমৈ্নকোম্মহুংদা
মাঙ্লোইদোবা তুম্নোইদোবা কদৌ করিহুংদা।

## লুগী পরিচয়

চৎপা তাথি নিংথৌ মায় লাকখি মাগী মতম্,
ফম্বাল্‌মিংচৎ থোঙা তন্ থা তাথি ফুকপা থোঙ্‌ফম্।
থাজৈ থোঙা তাঙ্‌জা লিম্না থিক মায়গৈ তন্ শাৎ—
পেন্দে তক্কক্ চঙি অঙম্ তাইবং মীয় মতম্ মাগী থমাৎ
লৈজথিবিক্ থোঙানি থা তাজবা পুন্‌শি শাৎ।

অরাবনি উকবদা নিংথৌ মাগী পোলোই—
কল্লি থম্মোই থম্নুবদা মাগী অরামমোই।
নো'দম্ মাগী নোংদম্‌বা নম্রে থোঙ্‌ফমবা,
নোংদম্‌থীবী চুজাশিংগী থঙ্‌দে পিমমবা—
নম্লেকরে মতম্ মাগী থুচৎ শোয়থনবা
থঙ্‌দে শায়নিং পোয়োল্‌মা হাৎকে হাৎপনবা—
ভুথি নিংথৌ ময়াম্‌চৌংদা লনা লুয়েল্ তন্ কোং,
তাক্‌থিদেদো শোয়ায়েন্দা থরাউচি তন্ থোং।
পজেংফিরাল্ কোক্‌থোয়বা নিংথৌ সন'লুয়েল্
চন্‌থি টাব্ থুলাক্‌পগী কাথি তনা লপ্লেল্।
থাথি মৈথু শগাইথক্তা লান্‌শিফিকক তন্ থুম্
পজেংফিরাল্ মিংচৎউয়োং থোঙফম্দা তন্ কুম্।
ঙাইথি বানা পোলোইবাথৈ—মংশক্ নম্রে লুথা—
কংশিন্ অস্থম্‌স্থম্ নোংমনোং—কিক্কযোইদো লুথা।

লোইয়ে লিদা "লুগী পরিচয়" কৌবা
"নেপথ্যদা চঙ্‌লুবা" হায়বা অহান্‌বা সর্গগী অনীত্তবা অধ্যায়।

# অহান্‌বা সর্গ

## অহুম্‌শুবা অধ্যায়

### সনাকোন্থুংদা

পুরক্‌খি সনা নোংমল্‌পাউ কংলাদা শগোলপাউ—
নোংমংদনা তাবনিদো তম্‌থী' অথাকঅরাউ।
কোয়্বৌ মানা ননুবনিদো তারক্ থক্কই থোং লাউ—
পুঙম্‌দনা পুথি কংলা নিংথৌগী নোংমল্‌পাউ।
ঈহৌরক্কুম্ নুঙ্গাইরক্কা ঈয়োক্লা নুংথোঙ্‌ হাং
লালোই থম্মোয় নুংথোঙ্‌ তন্ হাং ঈহৌথিদো পিরাং।
শিহ্বখিদো তুমিন্ পিরাং মিৎলু থুদিং তপ্‌ তপ্‌—
চুম্‌থখিদো তলা শাগৈ নোংদোল্ লীক্লা তপ্‌ তপ্‌।
চোৎপা মতম্ মাদেম্ লৈমায় নোংজা লীক্লা তন্ থিক্
চোৎখি লৈমায় সনা কংলা শিহ্বরক্‌পা পিরিক্।
কম্‌খি লোইনা তুমিন্ তুমিন্ উচুং মতম্ লৈ চু,
ঙাখিদেদো রাই মচেৎমা হুংশাউবনা চীন্ তু।
হন্‌খি কংলা নোংজা ঈচিক্ হুংথিল্ পোবোগ্নুদা,
তাখি পিনা তাবা মথোল্ তপ্‌ তপ্‌ লৈমায়থক্কা।

করি ওইখি লৈমকোন্দি—হায়নি করি অমুক্!
লৈখিদেদো করি শান্দম্ রাখি মথোয় অমুক্।
কংথিবনি থম্মোয় থুদিং থরক্ থরক্ লোইনা,
কংথিবনি চীন্‌বাল্ থক্-থা শম্ লৈরেং তুনা

সনাকোম্বংদা

কংথিবনি খোল্‌গী ঈচেল্—কপ্‌থিদেদো কনা,
অৱাবনা পম্বেংলবা উমংদ কপ্পা কনা।
লৈথি লোইনা তুমিন্ তুমিন্ নুঙ্গী মৃর্তি মতম্
মিংয়েংমদা মদোম্ মদোম্ খঙ্‌দে কৈদা মিং থম্
উক্ ৱাবা লৈমকোল্‌গী চঙ্খি তম্না লৈরোল্
খাথোং লাইখোং মাস্থ মরোং—খুপ্‌থি লাইজ ঈথোল্।
মাদি কোংবা পুম্‌ণাইখোং—চেনথি খম্মোয় তন্ কায়,
য়েংঙম্‌দ অৱামতৌ নাকোই ইশা তন্ থাই।
চেম্থিদো ইম্ফাল তুরেল্ ঈথোল্ নাইদ তুমিন্,
চেম্থিদো নম্বুল্ তুরেল্ ঈথোল্ খোক্ত তুমিন্।

তারি লৈদা লৈমশিংদো পুঙমত্রবোই মশা!
তারোই কয়ি লৈদা মথোয়, পুঙম্নি মশা!
তুরো তলা শাংথ লেংথ মালেম্নৈমায়থক্তা
ওন্দবরা উরী থিবিক্ লৈমায় উফুলথক্তা।
তুরবনি ঙংশিথিবা তলা পারেল অদো—
খাল্লরোই অমুক্ হন্না ঙংশিবা উকাদো!
মদোম্ মদোম্ উরী থিবিক্ য়েচ্ছিন্ য়েচ্ছিন্ অত্নম্
পাম্না শানাবানা হিংবা তারবনি অত্নম্।
কংলবদা লৈথোক্লব কয়ি কেন্নোই লৈরাং,
ভংলবদা কাত্রং নংলা কয়িচোইরোই লীক্লাং,

## মোংজাই ঈচিক্

সেপথ্যাদা চওলুবা—

মপুরোইবা শেৎনব্রবী লৈমশিংগী মতো
অরাবনি উরুবদা য়েংহৈদেদো কদো।
শাংসি কদায় শাংঙম্দবা কেন্সি কেনুঙমদবা
শীঁতেল লৈরাং মতম্রিদো য়েংবদা রাপ্রবা।

কপ্লি লাউরি ওন্না থোইনা লৈমকোল্গী মহুৎ,
মুজা ওইবী মরোম্রনা—চাক্থিবোয়দো থঙুং!
পোশ্বি চেক্লা মতম্রিদো রায়রা তেন্না পানুবা,
পুঙমথিদ তেন্গী চৈনা করং করং চোংবা।
ওন্নি লৈদা সনা তম্ফা কোব্রি মপল্ নিংথৌ,
কপ্লি পুমকোয় মনাও থিবিক্ কোনা কোনা পঙৌ।
নাইকোল্ ওংবী মুজা থিবিক্ কোব্রিদো মনিংথৌ,
"মাঙলেদো নদাই ঐথোয়দি মাঙলেদো ইনিংথৌ!"
কবি থঙদ নাউরা থাগৈ কপ্লি লাউনা তুংইন্
লাম্রে লান্না মবুক্ মবুক্ মাক্রে থোম্নাং তুমিন্।
তান্নি লৈদা তাউবা শাগৈ মচি মচি তুমিন
চঙদে মিঙমম্ত ইমুং লৈথি নাথৈ তুমিন্।
থঙলিবোইদো জীবনিনা থোক্লে অরাবমা—
লৌথি ওসি সনাকোম্মুং অরাবই শকুক্লা।

লোইরে লিঙা "সনা কোম্মংদা" কৌবা
"সেপথ্যাদা চওলুবা" হায়রবা অহানুবা সগৈগী অহমুওবা অধ্যায়।

# অহানবা সর্গ

## অরিস্তবা অধ্যায়

### কংলৈ সনাপুংদা

হুংশিখিবা নিংথৌনিদো মৈদিংগু খুজাউবা—
তাবদা নিংথৌ নোংমলপাউ কপ্থি কংলৈ পুম্বা।
কপ্পখিদো অমুক্ হেন্না নিংথৌ মাগী মৌশি,
খন্নোয় শোক্লা কংলৈ পুম্বা শিকখ্রিবা লান্নশি।
কৎনখিদো নোংদম্বদা পেম্নদবা বাকৎ—
"কবি মতৌ কৌবগেনে নোংদম্ নঙ্গী শাজৎ!"
ওকে ঙসি সনা লৈবাক অরাবগী ঈপাক্—
অরাবনা স্বম্ ঈকায়রক্ লাক্লে লোইনা লৈবাক্।
হুন্নি হুংশিং চৌংয়া তমুম্না মাঙলে মতা হু হু
চিংলি নিংশা লোইপাল্ চৌংশাং লোইরে মতা হু হু।
তান্নি লোক্তাক্ হাইহৎ হাইহৎ মাঙলে মাঙলে মতা,
হুংবংনরি নিংথৌ লৈবাক্ মাঙলেদকো মতা।
থুম্নি কোয়ৌ লৈচিল্ ফিরক্ কো সনা ঈ মতং
মৈতাক্নরি মায়গৈ লীপাল্—চাক্খিবোইদো থম্ফং।

লালোই পুন্নশি খোঙ্ফমবা পোইরৈ মৈতৈনিদো
লালোই মশক্ থঙনা চৎপা পোইরৈ লম্দম্নিদো।

## নোংজাই ঈচিক্

নেপথ্যদা চণ্ড লুবা—

তুরো পাথৌ লালোই কনা হয়েল্ লান্‌ফম্‌দা
থুরৈ মাগী চরৈ ফিমল্ কাইরেল্ কাইজাউ ত্তন্ থা।
পাউজেলিদো লৈবাক্ লোইনা নংছম্মান্‌বী ত্তন্ থা,
পোচ্ছি পোলোইনৈদো মাগী থোগল্ লাংগল্ পে থা।
ইকাইখুম্নৈ পাথৌ মারু পুং শেন্ রৈ খুং ত্তন্ থোং।
শকই অশৈ মস্তিক মণ্ডপ পেনা লুরেল্ থা থোং।
অরাবনি থল্লুবদা নিংথৌ মাই মরায়বক্—
লৈবাকীস্ত্র চাদগীস্ত্র থীখিবনি লাইবক্।
লালোই ওইবই নোংমল্ থোরম্ পাখিদেদো 'মক্ত
নিংথৌ ওইবই নোংমল্ থোরম্ তৌখিদেদো 'মক্ত।
চন্‌খিদেদো নুঙ্গোইবিদা চরৈ লনা ফিমল্,
চন্‌খি ভম্না মাইথীশীংদা সনা কোরৌ নোংমল্।

কোরৌ মানা নোংমন্‌বদি কপ্লে মালেম্ ত্তন্ ছৌ—
ভেংথানৈদো হারি শাগৈ লোইনা কৌজেং হারৌ।
থিনদেদো কনামক্ত নোংমন্‌খিবা করম্—
করি চংপা করি লাক্‌পা লৈত্তে 'মক্ত রাফম্
কায়দে করি মৃংলো থংমৃং ভাক ইরেন্‌বুংদা,
থোইদে করি থাঙ্‌না মভাল্ ভারো লোইবিনমদা।
লালোই মানা নোংমন্‌বদি হয়েল্ লান্‌ফম্‌দা
চেরৈ বারৈ অমা হেক্ক পোইরৈ লম্‌দম্‌সিদা।
লান্দুরা লান্‌শিরা হথনৈ ভম্না হেক্ক মৈত্তে,




কংলৈন সনাপুংবা

চৎখিবরা পাখৌ পখাপ্ তম্না হেক্ক খিনৈ।
শিরো লানুশি লালোই কনা চন্দ্রো খিমন্ খীথুৎ,
চৈন তম্না থাইথীশীংদা চুম্পানৈদো থাই থুৎ।
খিংঙি পহোং কক্ই মন্না—হুংশি কদোকনি!
চুম্পাখিদো নিংথৌ মাগী—হুংশিথি কদৌনি!

সিনিদোসে সিনি পুন্শি, মীওইবগী পুন্শি—
মৈতৈ নিংথৌ খুন্তাউবনি শিরিবসে লানুশি।
পুন্শিচুম্না তানবা মিংচৎ মুৎলবনি ওসি—
শীঁজেল্ অয়েম্ লৈবাং তিংঙা তারবনি ওসি।
নোংদম্ মাগী নোংদমনি খঙ্দে শিনক্মনি,
লমমনি লায়ুশিংগী খঙ্দে মতমনি—
খঙি সিদং সিনিদোসে মীওইবগী পুন্শি—
শীঁজেল্ অয়েম্ লৈবাং তিংঙা মতমদো পুন্শি।
ইথিমনা থাবা কোংগোল্ তাক্ই ইথিমদা—
মতম্ মাগী ইথিমনা লাক্ই মীম্ন সিদা।
তাক্ই অহুম্ তম্না 'মুক্ত' মাগী ইথিমদা—
পীনৌ যপু মীওইবদা চক্চবা পোলোইদা
পিগা পিগা চীমোক্না হুংশি থম্মোয় মথেল্
মিংকা মিংকা মিচ্চানমা হুংশি চেংলৌ মথেল্।

লাপলিদো মীনংনদি—মীনি ঐ মীনি ঐ,
তেংবামপুই থুৎসেম্লেতেং ঐনি ঐ ঐনি ঐ।

## নোংজাই ঈচিক্

নেপথ্যদা চওনুবা

লৌশিংলৈবা খোংজম্বাবা মীনি ঐ মীনি ঐ,
পাঙ্গল্ফবা থৌনা লৈবা ঐনি ঐ ঐনি ঐ।
ওইনীংবদ ওইবা ঙম্বা মীনি ঐ মীনি ঐ
য়াইফবদ থংবা ঙম্বা ঐনি ঐ ঐনি ঐ।
লেংলিপাল্লি পুম্বা ঙম্বা মীনি ঐ মীনি ঐ,
লাইগী থাজা কাবা ঙম্বা ঐনি ঐ ঐনি ঐ।
য়াম্মদো 'হুবু য়াম্ম ঐনা থওনু নঙ্গী নশক্—
থল্লি হুংদা ফনিদকো থওলো নংনা নশক্।
শান্নপোৎনি থঁওু নংসে মতম্ কৌবা মাগী
লৈবা নত্তে কম্মি গত্তি নশাই ওইবা নঙ্গী।
তোনথরবা নপোক্লিদো চৎলু থওনা নশক্,
পিদোন্নবা নপোক্লিদো কাউহু থক্ মী নশক্!

শান্নপাম্বা মতম্ মানা শান্ননীং মযুক্তা
সেম্বনি নংবু থঁওু মী শান্নবই দমক্ত।
শান্নবনি নংবু মানা তেংবান্নবই থাৰ্ব্বান্দা
মওল্ মওল্ মথল্ মথেল্ অপাম্বা মওংদা।
থম্মোয় পাল্লি হায়ওম্লবা লৈরি মাগী থুৎবা
কৌই নোংদম্ ফর্ম শিন্নকম্ কন্নবা পরেংবা।
লেংঙি শীল্লি মথোয়সিনা শান্ন পয়েং পয়েং
মওল্ মওল্ মথল্ মথেল্ মতম্ মাই পোইরৈয়েং।
লাম্মো নংসে লাইদো নিংথৌ লাইদো লাম্মো মীলাই,

কাজুম্না

## কংলৈ সনাপুংদা

থত্তোক্লীংলে থত্তোক্‌ইদো কক্‌ই নমিং তরাই।
পান্নো কদো শান্নপরেং লোইরে মথোয়গীদি
পেন্নো মবুক্ মতম্ মানা লোইরে মথোয়দদি।
শান্নপোৎনি থঙ্ নংসে মতম্ কৌবা মাগী,
লৈবা নত্তে করি গত্তি নশাই ওইবা নঙ্গী।

হুদা য়োক্‌পা লেৈম্নে ভানা করি থঙ্‌দ ফিভম্
চোংঙ্ঙি ফল্লি শাৈম্নে হরাউ মনীং তম্বা মতম্।
সিন্দুর থাব' হামেংচানা করি থঙ্‌দ ফিভম্
চেল্লি চোংঙ্ঙি ত্তোই তয়াম্ মনীং তম্বা মতম্।
অত্তুনিদো মী অত্তুনি থঙ্ মুম্না নশক্,
ত্তোনথরবা নপোক্লিদো—চৎলু থঙ্‌না নশক্।
ইথিন্নমনা থাবা কোংগোল্ তাকুই ইথিন্নদা,
লৈ:ত্ত গত্তি কোংগোল মাগী করিমত্ত 'হুদা।
মতম্ মাগী ইথিন্নমনা লাক্লে নংসু সিদা,
তাক্লি শোয়রোই নংসু অত্তুম্ ইথিন্না লাক্‌পদা।
লৈরোই গত্তি লৈ:থোক্লবা—অত্তুম্ মুৎকনি—
মাইফক্লবা হায়বদবু পঙ্‌লুবা সিদনি।
কাউমু নংসে শান্নপোৎনি মতম্ কৌবা মাগী
লৈবা নত্তে করি গত্তি নশাই ওইবা নঙ্গী।

নাইনি নংসে অমরোম্‌দনা—নাইপোক্লিদো নাইনি—
নাইকম্ মাবা নাইনি নংসে ত্তোন্থরবা নাইনি।

## লোংজাই ঈচিক্

নেপথ্যদা চঙ্লুবা—

চেজি নংবু নোংদম্ মানা চেন্নিংবদা চেজি,
হোইদো নংবু কর্ম্ম মানা সেম্নীংবদ সেম্মি।
চিংই নংবু শিন্নম্ মানা চিংনিংবদা চিংঙি,
নাইমি নংসে নাইনি থঙ্ নাইকম্ মাথা নাইনি।
লক্লেন্নুবে মতম্ মানা থাইদো নংবু ডন্ চৈ,
লোইবে চৎলো নথো নঙ্গী থজোকইদো চৈ থৈ।
নৈতে নঙ্গী করি গত্তি নঙ্গী নপোক্লিদা,,
তোন্থরবা নপোক্লিদো তাইবংমালংসিদা।
নাপল্লিদো সিদম্ মী মীনি ঐ মীনি ঐ
লাইগী হেম্থং ওইবা ঐনি—মীনি ঐ মীনি ঐ।
বাদ' ওয়দে বাম্ন ঐনা উক নঙ্গী নাপল্,
থাউ তম্না মী নঙ্গী কোক্থোং—কাম্রবা নাপল্!

লোইবে সিদা "কংলৈ সনাপুংদা" কৌবা
"নেপথ্যদা চঙ্লুবা" হায়বা অহানবা সর্গগী মরিত্তবা অধ্যায়

# অহানবা সর্গ

## মচাম্বা অধ্যায়

### সনা লীকথাং পাইতুখোম্বগী বাশক্

মপেম্লে নিংথৌ মন্দ্রদেদো কংলৈ সনাপুংদা,
হাঙ্‌লে ফম্বাল্ হাঙ্‌ফমদো পোইরৈ রৈরৈতপুংদা
মপ্লো নিংথৌ নোংলেল্লিতৈ নস্তে থাঙেল্লিতৈ
থিন্দোক্ইদো তম্না অমা লাইজ ঈশেং তন্ রৈ।
পাউতাক্ইদো সোম্বারেন্দা থিংগাল্ তন্ থরাউচি'
শাম্বোকলে নিংথৌ তম্না 'মুক্ অচি সনাহিং চি।
সনা লীকথাং পাইতুখোম্বা থিন্দোক্থি তন্ নিংথৌ
থরাউচি থিংগাম্ তম্না কাম্ সোম্বারেন্দা পাউ য়ৌ।
কাবে ফম্বাল পিরোম্লনবা বানা বাংগোম্লিংথৌ,
শিল্পরূপা মিংকৌ পিদা উথি মপল্ নিংথৌ।
"খুম্লবনি সনা ফিমল্ নচা লৈবি পন্থৌ,
চবি ফিমল্ নুঙ্গোইবিদা তাম্লি মংশক্ পন্থৌ!
কংলি বাশক্ থুম্নাথাদা"—সোনুথি মদোম্ নিংথৌ
"ফম্বাল লান্দং চৎলম্থিগে"—"থঙ্‌নি" লৌগৈথি পাথৌ।

চৎলু নিংথৌ খুম্ল, ফিমল্ নপল ইবুংঙোগী,
চেলি ঈনা চুংদা নঙৌ মোংদা পাথংবগী!

# মোংজাই ঈচিক্

মেঘশ্যামা চঙ্‌খুবা

লাংলি ফখাল নংনা ঙসি নোংথো কো সনাগী,
ঙাকৃউ মগুণ্ মপু মংনি কংলৈ সনাপুংগী !
চৎখি 'ভুটৈ বন্দা রাম্ মপল্ ইবুংঙোগী,
ককৃথি ভীম সংসার মায়া মপল ইবুংঙোগী,
লৌথি থোঙ্গ্‌ল ঈপাক্লি লাল্ শ্রীমন্ত মপাগী
তৌখি তপঃ ভগীরথ মপামপুশিংগী !
ধর্ম মাগী মশক্লিদো পন্থো মাদি থঁঙ্,
স্বর্গ নাগী মতম্লিদো পন্থো মাদি কাউন্ত !
চৎলু পাখো থুন্, ফিমল্ নপল্ ইবুংঙোগী,
মচা ওইবা নংনি থঁঙ্ ঙাকৃউ ধর্ম্ম নঙ্গী !

লালোই পুন্‌শি থোঙকয়বা পোইরৈ মৈতৈতনিদো,
শিবা কৌ' লাই লান্‌শীংনবা মৈতৈ লালোইনিদো।
"নোংমা পোক্‌পা মচা ঐনি কন্নি নীনি শিনি,
কন্নি নোংদম্ মোংখাইদনি ইপা মচা ঐনি।
ঙম্নি লাল্ নক্রে শিগনি চৎনি পাখো থোঙকম্
নিপা ঐনি উৎনি ইঙম্ য়েংনি কন্নি নোংদম্"
শরী তন্ সোন্ লান্দা কুপা মৈতৈ লালোইনিদো,
"লেম্না শিগে ঙম্‌গে শিবা" শীংবা মৈতৈতনিদো !
মৈতৈ সনা ঈচৌম্মক্কা পোকপনি নিংথো নং,
লালোই নিংথো খুজাউবগী সনা ঈনিদো নং !
চৎলু থুন্ তৌক নঙম্ পুরক্‌চো ফিমল্,

কংলৈ সনাপুংদা

য়েংলু লম্বী কোক্লবা য়াইবী সনা নোংমল্!
পোক্পনিদো লালোই ওইনা নশিন্নিদো লায়া,
ভোরো চৎলো নিপা খোদাং উৎলো চঙ্লো খোনা!

লোইয়ে সিদা "সনা লীকথাং পাইতুথোক্পগী বাশক্"
কৌবা "নেপথ্যদা চঙলুবা" হায়বা অহানবা সগী
মঙাশুবা অধ্যায়।

# মঞ্চওসুংদা

## অনৌসুবা সর্গ

### মিংথোমা লৈবাক্কী বিদায় লৌবা

খোক্কে চুমিং ভাগে কংলৈ মশ্মি তম্মা অচুম,
ভারে চুমিং 'কায়দে কবি মখই মখা অচুম্।
থম্মোয় মানা মম্বদা খোক্কে থক চুমিথা—
মাংখিবনা সনা লুয়েল্ মমৃখি তন্ চুমিথা।

মাঙ্ হৈদবা পোচ্ছক্লিদো নিংথৌ সনা লুয়েল্—
লৈবাক্ মাপী অমাঙ্ বনি—কন্দফদে লুয়েল্।
কন্দফদে থ'ঙি লোইনা—কন্‌বতনি লুবা,
ওইথি লৈদা অবাবমা কবি কয়ম্ কন্‌বা।

লায়দো মংশক্ তাম্ বদি—হোৌয়ে লৈবাক্ লোইয়ে,
লুইদো লুয়েল্ তামবদি—হোয়ো লৈবাক্ লোইয়ে
থুপথি থঙ্ দে থাথি লুথা—চন্‌থি থঙ্ দে লৈয়োল্,
লৈথি থঙদে থুথাং লোইয়ে কংথিবদা নালোল্

অমা নত্রে অনী অহুম্ লোইয়ে লোইয়ে মীথিং,
চঙি থোনা থবাম পোক্কা চঙি তম্মা লোথিং।

নিংথৌনা লৈবাক্তই বিদায় লৌবা

ফজো লাইবক্ কনি লুরেন্ হিংই মশাই লুরেন্,
থীবো লাইবক্ থাঁঙি লুরেন্ থোঙ্গুই মশাই লুরেন্।

শক্‌থি বাপক্ পাইতুথোবা কাঙে সনা কথাল্,
চৎলরগা থুন্নি কিমন্ হৌনবি কথাল্ লাল্।
ভাইথি পাথৌ চাক্লা থমোয় কথাল্ লাঙ্গং লোইবা,
থাম্বি হানা মায়থোং কানা থাঙম্ শানা ফংবা।

লোইরে হৌজিক্তি কথাল লাল্ নিংথৌগী হৌনবি,
চমুরে ভক্সা কথাল্ লোই লৈবাকী চৎনবি।
পুষক্লে লোইপোং ভক্সা থোম—পৈরে চীংহুম্ পরেং,
ভারে লাদা মতিক্ মঙল্—শক্লরে পরেং লেং।

"মাহে চৎপা মরাম্ চীংদা" থনথি কুংদা নিংথৌ,
"মাধবনি থোঙশানুবত্ত হৌজিক্লম্ ভন্ হৌ।
ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং কানদে মুম্ মতম্ লেন্,
মরম্ পূবা মাঙ্বা ভাইদো মাথুং সনা লুক্লেন্।"

থাক লাম্পা থাবুম্ কয়া চোক্নি সনা হকচাং
চোক্নে চোক্না লেপ্‌থি লেঙ্‌বা অরা'পূবা ভন্ থাঙ্
কয়া কুইনা ইউনিলিম্ কোন্‌গনি মুংগা,
থবাল থোদ্‌ম্ লীপে ভবা মানি ছুনা থক্-থা।

## লোংজাই ঈচিক্

মকচুংবা

হুদ্রি কোয়ো ভয়ানিবু হয়েন্ লাক্লরকপা—
কাঠ্রি কংলা লালোই কনা যথাল্ লাকৎনুবা।
পোথানরি মহুম্ মহুম্ অরাপোৎ ভয়া থোক্।
ভম্থিদেদো নিংথৌ মাদি লৈথবা পোথাদোক্।

সনা ঈনি খুজাউবগী পাথৌ পাইতুথোবা—
ভোকপা পোকে পাথা কৈনা পোক্ই অহুম্ পাথা।
শানিংথৌনি লাইভোম্ চৎপা কিবা শক্থঙ্ দবা,
চাম্বা লাক্লে চাম্বা পাবা হন্‌বা কৌ' লৈভবা।

পীথি ভয়া সনা য়াথং মনাই থৌগল্পাউদা
"কয়ি ঙসি ঐহাক্ কংলা"—য়ৌথি নোংথোন্‌বদ:
য়ৈথি য়াইবুং পুম্থোল্ মঙা—ভাথি লৈবাক্ লোইনা,
তিন্থি "কংলা অচৌবনি" অঙম অথৌশিৎনা।

হক্তিরে নোংথোল্ থৌগলপাউ "কাবে কংলা মপুং",
হন্দোয়ক্লে সনা থোঙদোই সনা পুক্লীং ভন্ থুং।
ঙাম্বোইরে কংলা মপুংয়ায় সনা ভাঙবহক্তা—
নীংথিজথি থাজ মতম্ থরাহাগৈলক্তা।

হেন্থি ঙহাক্ সনা ভাঙ্‌বন্—বাংলৈ মিকুপ্‌ মত্তং,
ঙাইথি থৌয়াং লৈবাক্ পুথা চীদোম সনা য়াথং।

## নিংথৌনা লৈবাক্কী বিদায় লৌবা

কুমদন্ নোংনা ওংবা মতম্ ঈংনা থক্ থা তন্ থোদ্,
চীঙ্গোয়রক্কী পাথৌ চীং লেম্ থম্মোয় খুদিং তন্ থোক্লদ্।

"তংপা নত্রি মনা লৈকথাং লৈম্বি হিংলি ঐহাক্,
পাঙ্গবম্ব নত্তে মপু কংলৈ মনা লৈবাক্।
কবি খুম্নি তাঙ্‌ব কিরুক্ ঐ লৈনা মনাপুং,
তানি কবি মনা লুম্নেন্ য়েরুবই টাবুস্থং!"

"চাত্রি মহৈ ইপল্ নিংথৌ মচা পোক্চরমদ,
তোত্রি ঐম্ন পোক্পীরম্মদ্ শিংত্রি ইপাই লম্মদ্!
তৈবি হামুক্ মনা লৈবাক্ মনা লু মাখিমদ্,
তৈনি অস্তম্ খুর্‌ত্রিমথৈ চরৈ মনা কিমদ্।"

"চংলুখিগে ঐদি লৈবাক্—চংলগে ময়ামচীং,
বায়ে পুরুীং লৈভাদবে কানুত্রে লৈরু তম্ চীং।
তোক্করগে তোকম্ থোক্পা ইপল্ নিংথৌ মতং।"
তোক্করগে তোকম্ থোক্পা লৈবাক্ নথোই নতং।"

শিরয়ক্সবনি ওসি কংলৈ মনা লৈবাক্,
তাক্‌শিয়ম্‌লি অহেশিং ফুংশিবী ইরৈবাক্।
চংলুখিগে ঐদি অচুক্—পাঙ্‌লুখিগে থোগাই—
লাইনীংবীসি মতোল্ ওইবা—নিবি শীলৌ বিদায়!"

## নোংজাই ঈচিক্

মঙ্কচুংদা

জৈ নোংখৌ পুনশিবগী জৈ,
জৈ মৈদিঙু পাইখোম্বই জৈ;
জৈ, কংলৈ সনাপুংগী জৈ—
নিনুথি পুম্লিন্ সনা কংলা—ঙংথি নোংথক্ নোংথা—
তৌথি লৈবাক্ বিদায় মঙ্গল মনিংখৌ খুম্নাখা।

লোইরে সিদা "নিংথৌনা লৈবাক্কী বিদায় লৌবা" কৌবা
"মঙ্কচুংদা" হায়বা অনীশুবা সর্গগী অহানবা অধ্যায়।

# অনীশুবা সর্গ

## অনীশুবা অধ্যায়

### চৌংলমদা সিংথো

"হৈজ ইবুধৌ পাথংব" থুরম্ কংলা পাথংবা,
হুরে খোঙ্দোই অরাং পাংনা মৈদিঙ্ পাইথোবা।
"চৎদে ঙসি থুনগে নশূ চয়ৈ সনা ফিমল্,
ময়েংগে নোংদম্ ঙন্না কোকৃপা রাইথী সনা নোংমল্,
খোজানৃবীয় চানবিরৈবা, পীনৌ ত্ময়া পাংগল্
নশূদা—পীনৌ শিংজবা পহৌ মাগী লমল্
নশূ ঐ পোকচমল্ নুঙ্গোইবিদা নুয়েল্ ত্তন্ চল্।"
"পীনৌ ফংজরবা 'মুক লাফিংথো নঙী খোগল্'"
সোনথি ছুংদা মপোম্ অসম্ চৎনা চৎনা পাথো।
পাষা মতম্ মপোম্ লষীমা রাল্ চখি নিংথো
লোইবি চৌংগী পলোন্—অরোন্‌বা ফিজোন্দা লোয়া,
মপোম্ ছুমিন, নাকোই—খোঙ্লম্ থিবিক্ তায়া।
উথি মিস্ত্রা হেক্ হেক্ পহৌ—কায়থি থম্মোয় নিংথো,
"লাক্লে নচা" সোনৃথি ত্ময়া "বাকয়হু পহৌ"।

চৎলি অহিং ছুংখিল—লাম্নি চৌংলোন্ নাফুপা
উদনবা মীনা, ঈথো লাংলে কুম্মি থুম্মা

## নোংজাই ঈচিক্

মক্তহংদা—

তক্ক তক্পা ঈরোক্- থম্নে শাকৈশী খোইনা—
কোক্লে অয়াম্ উটে বাটে অফংবা থয়না
অয়াওবা চেঙ্‌জেল্ থয়গা, পোখাদেদো তঙ্‌তা
থুংনীংবনা পন্থুং পাখৌ মাগী খম্নোয়হুংদা।
ওইরে অহিং চেক্লা মতম্ লেকই উকা তন্ থোং,
নোংনা ফুংদ ডান্বদা খোঙশাহিদো কোক্লা খোং
অবা' খিবিক্ ময়া ক্রক্ চিক্—ইপাল্ ফবা ঈ:চল্,
চেন্দবরা অহুম্ খোঙ্ নুংজাউ খিবিক্ তন্ চেল্,
পন্থুং মাগী তাল্—লেপ্তে কদৌ ঈচেল্ মাই ঈচেল্।
থিংলুনি করিমা অমুংবা খম্নোয়গী লিংজেল্।
থুক্লি হুদা অমগা পাখৌ মাগী খম্নোয়চং
শিবা খোক্' থাক্রো লুরেন্ মাঙ্‌লে লুখা কমিচং।

মোৎরে ময়ামচৌং, ফুংডাইরে, কুম্রে ঈরোজদা,
তম্রে ঈক শান্দেং অচিক্পা মকম্ অমদা,
চারে থক্লে অয়াও' থর—কোক্লে অযাম্ খোয়াং,
পোখারে ডহাক্ তঙ্‌ তা তলা উখোং অমা লাং।
তেক্থংলে হকচাং, থরে য়ায়নি চঙ্‌বা থুন্দা,
"ঐ পম্নো, খোজানবিয়্" হায়রে খোঙ্‌ ময়ামচৌংদা।
ঈশিং মনম্ নবা চয়ে ফিনা হকচাংদা খোং
তক্ক তক্ক তনান্ তনান্ তিমেন্ তাবাক্ থুং খোং
থুনগী খোঙ্‌লম্ তন্ ইন্ খোঙ্‌শাজকই কাইদ পাখৌ
চৌংমা লেয়া। চৎলি নীংখি মানা শামোন্ তন্ তৌ

## চীংলমদা নিংথৌ

খমি মখোঙ্ খোং উক্ত নিংথৌ মাগী নৌংখিবা।
কৈলাসগী চীংমায়দা যোগদগী হল্লকপা
শিব মানা লেঙ্বা মতম্ মখোঙ্ খোং শদায় তম্
লেম্জখিদো য়েংবদা নিংথৌ মাগী মশক্তম্।

কান্নি নিংথৌ লোইবি চীংমায় খুন্গী পহোং তন্ তম্,
খমি হুংদা মণ্ডল্ মণ্ডল্—লেম্নে য়েংগে নোংদম্,
তাখি হুজা খোজেল্ অমা "পাখা কৈ, পাখা কৈ—"
কায়খি বাখল্ নেংখি যৈদা, লাউখি "কিছু ঐ লৈ",
উখি মাঙ্দা হুজা ওইবী অমা পাখা কৈনা।
নোঙ্খৌ নোঙ্খৌ মতুং তন্ ইন্ চেল্লকখিবা কিনা।
মাঙদে খোংজন্ কৌ' মত্ত হুজা মাগী মপাদা—
হৈমুন্ লোইবা হৈগী মতম্ তাখি পদাক্ মাঙ্দা,
নীঙ্, তংপা নীক্লাং মতম্ তান্নি লৈমায়থক্তা—
শীঁ ঙেক্কোদি শিংগাহৈনা কেন্থক্তম্ ইন্থুংদা
তদেক্ তদেক্ উংফুল্থক্ তান্নি তনৌ লৈমায়দা।
নংখিদে খুন্গংপা লৈমাং—থম্খি তম্না তুংদা—
লেপ্খি নিংথৌ "নিপাদে" তিযেন্ তাবাক্ তম্না চীং।
কৈয়ৌ থঙ্বা নিংথৌনি, চাইখি মায়ু তম্না শীং।

উক্কয়বোই শিব ওই নিংথৌ মায়ু পাখা কৈ,
মাঙ্লে মতা হন্খি লোং চখি তন্ লোকৌ মাতৈ।

## নোংজাই ঈচিক্

মকতুংদা—

কোন্থৎলে হৌজিক্কি চিংথেৌ হুজা ওইবী লৈয়াং,
খুদোল্ কাংগাং খুনুবা মওম্ শীংলে্ লৈয়াং,
শম্ পাংযোম্ অনীনা কাইদ কাইদ কোংগোম্ কোল্,
কৈরা ভাজীলথক্তা থোং থাংকুই, হুংশিনা খোল্—
"পাঙ্লো শম্ মিৎলাং ইবেম্, লৈজ্রে পাম্বা কৈ,
য়েংউ কিক্রম্ব লৈজ্রেনে চৎমে্র পাম্বা কৈ"—
নোম্লকুই হুজা মহক্চাং কোংগোম্ কোন্বা খুৎনা,
হুজা মায়থোং চিংনা য়েং পাখৌ মানা হুংশিনা।
পাল্,য়বোই হুংশিবা থোন্ফম্ হুজা থম্মোয়দা—
লাকৃখি থোংজন্ পাঙ্লকৃখি মিৎলাং পাখৌ মাই ভম্দা।
হেক্তবক্তম্ লৈশাং ভম্ পোম্লম্বা লৈনা লৈকা কাঙ্
তপ্প তপ্প শম্ হেন্খি হুজা মিৎলাং ভম্না পাঙ্।

মিচ্চানঙৈ মিংকম্ মখি ভৌখি হুজা ওম্লপ্—
হুখখি মিংকম্ য়েংলম্ ভন্ পাখৌ মাম্ব কলপ,
উখি মশা পূম্বা লোইনা চরৈ কোংগোয়বা,
হৌগৎখি হুক্ "ইমা" লেয়া লেয়া কোংগোয়বা
চরৈ, মীকৃখি মশা ভনিক্ ভনিক্, চুংখি মত্থু ভম্না
পালবয়া থঙ্দে মশা কাম্নী লৈনী ভেম্না!
ওয়না পালোয় খুজেং য়েংনা থদাং শৌ হুংশিনা
চীন্গোইমকুই পাখৌ "য়েংউ ভাউসে বা নীংখিনা,

## চাইংলম্বা নিংথৌ

লৈত্রে পাখা কৈদো, তানম্রে তাম্না নবুং ঐনা.
লাংলো তম্না কদোজনি নবুং ঐ লৈরিনা,
নীক্লি কন্নি নহক্চাং—কিক্কম্ব ইকেম্ম,
লৈত্রে খোইনা ক্লিকনিঙাই অতৈ কন্নি অমা,
হলো খোঙ্দোই তম্না নয়াম্ তম্ থিম্নি নবুং ঐ,
মঙ্গ হুন্দ্রি নঙবু শোক্নবা, নবুং ঐ লৈ!"

পাউখুমকই, চুপ্পা তনিঙ্ তনিঙ্গা মখোন্কম্,
"লৈহে ইবুং নচম্ ওইবী ঐগী কন্নি কিক্কম্।
কিক্কবদি নচম্ ঐদা ইবুং নক্তৈদনি।
নপক্ নচু নবাহৈনা থঙলে নঙ তম্দপীনি—
পাখা তম্না খেংমক্কবদি থঙি নঙোম্দা
খোকনি লায়না, মরাম্মা খেংনবদি লিদা
খোকনিদো দুনা—মাক্নি ওঙী পামুবা
থবায় ইবুং নঙবু থিন্দে নচম্—হলোগবা!"
কাপথি থম্মোয় চুপ্পা মপাই বাহৈ মতোম্দুদা—
শিম্বম্বুথি মিত্তা পি চহুম্ চহুম্ লৈমায়দা।
উক চুপ্পা মাখী ত্রেম্ থন্থি নিংথৌ মবুক্তা—
"পীনখিরে ইবুথোনা মপুদা চঙ্জম্।"
"মাঙ্লুনি করম্না নবুং ঐগী থবায় ইকেম্মা."
খুম্থি নিংথৌ "লৈনা লৈনা নক্থী ইচম্মা!"

মখুমুৎথা—

নিংথৌ মাপী মরাহৈদা লাউথি হুং থম্মোয়দা—
"নোংদম্ মাই নোংদম্মা" থনথি হুজা পাময়হুৎদা।
"হুংশি মাই হৈনা তুংইন্ পুন্‌শি খোঙফমবদং
লোইরে কংথরবা হুজা পুন্‌শিদা অমুক্তং—
অহুথি কম্‌দোবা" য়েংলম্ মিৎশ্রানীনা ফজপ
নিংথৌ মাবু, থজথিদো হুজা মমায় লুরূপ।
"পন্‌বিরম্মু লিদা ইবুং ওহোক্ নাথুপ্পনা,
লাক্চগে নচন্ ঐ ভয়া 'মুক' চীন্‌গোইরম্ ভয়া,
থাব্রাংচানা পাইবঙম্ তাংথক্ লাইনা মালংদা
হন্‌গ্রে ভয়া হুজা খোঙ্‌দোই তাংথক্লনা চী লম্‌দা।
হজি খোঙদোই হুজা চেয়া চেয়া নোয়োম্ মোয়োম্
শাংথ লেংথ কোক্‌থুম্‌থি পাইথি হংশিৎনা তুংলোম্
থাঙ্‌লি লোইনা চরৈফি নাকী শন্ কং কং তুংলোম্—
থাঙ্‌লিবোইদো হুজা থম্মোয় প'ম্মু মতং তুংলোম্।

থজি হুংদা নিংথৌ "কদৌকনি পন্‌চনা—
য়োহৌবনা হেয়া কনি থুম্বা মতম চাবা।
হুজা মাবা লাক্লবম্ ওক্লগনি অচম,
ঐনা থবা তাম্জিলগা কগনি খোইনহুম।"
থন্ অমম্ হনুথি নিংথৌ খোঙদোই পহোং তন্ তন্
কাযদে কপ্পৌ পাথা কৈনা, হোংদে মপাই শাবম।
থেংনক্তরে থেল্‌থদা লিপা মমাম কম্পা—

## চীংলমদা নিংথৌ

চথি ময়াম্নাক্তা করি নৈতে হংগোইকবা,
হংথি তম্না চীংনা লেম্না "কম্না তাম্নি পম্বোং,"
লাকপনি ইভাইশা, ইপা থুনাক্পই চদে থোঙ্।"
য়েংনৈ থুম্দে কনামন্ত, য়েংই মাথু খোঙতোন—
"মৈতৈতনিনা মৈতৈতনিনা" তৌনৈ চিংথোন্ চিংথোন্।
মঙং চাদে উবে নিংথৌ, হন্দোক্ই, হক্ শেঙ্গপ্,
তম্নি তম্না পম্বোং মশাই থম্ন থম্নপ্ থম্নপ।

তাথি লাম্লাউ খোনজম্—য়েংই নৈনা ভুংদা নিংথৌ—
উথি চেন্নক্পা তাগা তাগা হৌ হৌ।
চমম্থি ওহাক নিংথৌ তাথিবনা তন্ হা
নুং অনীগী মম্তা—শোনথি তক্নি তম্না "আঃ"
"শিবো ঐদি লান্দা মাংঙি লোইনা অহুম্।
হাংলো ওদি লানশিং মাংঙিহুম লোইনা অহুম্।
ইপাগী ফিমন্দং থুনবা চম্লেবদি হিংই
লোইনা—মচা ওইবা ঐম্ন ইপাই লম্মদ কোক্ই,
পহৌ মাম্ন মচা নৈমদ্ মাইথী মোংমদ্ কোক্ই।
নৈবাক্তা তৈতরিবা হামুক তম্না অহুম্ কোক্ই—
মাবো মামোক্ শি হাম চঙি হাম অমা শোয়দেদো—
য়েংথিগে 'হুক মাত্রা হিংবা শিমক্তি মাত্রিদো।"
থম্ন্ অমম্ হংদা লাউথি "লাল নম্ভে থঙ্ ঐ",
পাউ লাকপনি থুলাকপদা "থঙ্ ইভাইশা ঐ।

## লোমজাগী ঐচিক্

মঙ্গচংবা

তাদে কনা করিমত্ত নিংথৌ মাগী মবা—
"মৈতৈনি হাংনু মৈতৈনি হাংনু" লাউই বা বা।
"ইশাদি কনুগে ইবুধৌ নঙী নোংদয়িদো,
হান্তি হাংলোই কনা—পয়ৌ নঙী খোজাম্রিদো"।
চৈতুপ অমা থুন্ পাদঃ শাথুপ্ তম্না তম্ ভাইথি
নিংথৌ ফিতম সেম্—চোংখি পাখা চেগপ্—মৈথেকখি
ভাজীন্ লোইনা লানুশিংগী--মথুং থারে থানা 'হুম্
তোকখিদে লান্ লানুশিংদো—লাথি ফানবা অহুম্।
ভাথোকা ভাথোকা কোয়খি লোইনা নিংথৌ মাবু,
হুজিনকখি মায়গৈ মরিদগী তম্না তম্ মাবু।
মথী তবেৎ পাবতম্ পাথৌ অভিমন্যুনা
পাথি লোইমা লান্‌শিংবু লালোই নিংথৌ তম্নাইনা।
তুথিবতম অভিমন্যুনা অয়োনবা গদানা
বজ্রগী, তুথি নিংথৌ অয়োনবা চৈথামনা।

পূন্নে নিংথৌ থম্নে শদহক—লৌবা তারে নু—
হয়াউনরে চোংলে তনু অগোই কংলে লায়না নু।
মৌয়কখিদো তাঙাসিদা হুনা ওইবী লৈয়াং,
থুকখি থম্মোয় উকবদা তৌয়ম্রিবা থোয়াং।
"ঐগী নু নুপাম্বশা" ভাখি নিংথৌথকা,
কোনখি মাবু চেৎনা হুজা চেক্নেং মথাহংদা।
থুনাকপগী 'মন্ত পোক্নী মখোম্রিদো হুজা—

## চীংজম্দা নিংথৌ

ঙংথিল্লগীনা হুমিৎ ওইবী হুমদাংগীনা থাজ
মহাক্লিদো ছজা খুল্লাকপ খুল্লাক্‌পীকাদা।
মনীং চৎপী মানি কদোক্লনি মাগী কাদা!
মীকোক্ অমা কন্‌বদি কোম্না ওবী মানিদো,
থাক্লনি কনা খুং ছজা মানা কোন্‌শ্রবদো!
য়েংনৈ লোইনা ভিঙক্ ভিঙক "কয়ি মতৌ কৌবা"
লোটম মদোম্ মদোম্ "হিংউ লাঙ্গে মতম্‌শ্রবা!"

মমোম্ থোঙ্‌ল্ ভম্না লীয়ক্ য়োয়কৃথি খুল্লাকৃপা,
উটে ওইয়ম্লিবা মওং মৈ থোকৃথি খুম্নাবা।
"খুল্লাকৃপা ঐগী ইকাইদা খুল্লাকৃপা ঐ নৈনা
মীহাৎ মীপুল্ মনীং ভঘা থঙ্‌নিদো কনানা!"
"ইপাই ইবেম্মা, কৃয়ি মতৌ কৌবগে নঙনা
ওসি ভৌরম্লিবসিবো— লাংলেল্ ইপা নৈনা,
লাক্‌চখ্রম্ চন্নবা ইমোম্ নঙবু কনানা—
ভম্ মপাউ ইপাদা অকি অথং নৈভনা"
কোন্‌থৎথিদো মমোম্, চুপ্‌থি মথাম্হংদা কোল্।
শিহয়ি পি—খুম্নহোই খুল্লাক্' মাগী থমোয়কোল্
নৌয়বা মচাই প্রেম্ নুংশা তাবা লোইবিক্লংদা
খুপ্‌কুম্ ঊয়োক্লা কৃথি কালেল্ ঊকং কৌ' থঙ্‌ন।
মচাই মতং বাথি নিংথৌ মাই অবা' উবদা
ককৃথি ভম্না থৌম্নী লোইনা বাংলৈ মিকুপ্‌মদা।

# লোংজাই ঈচিক্

মকচুংদা

কোটৈ ছজা নিংথৌ মাবু খোংনা নৌবা ওমুদা—
শিঙ্গুরিয়ে পি ভংদা লৈত ভপ্ ভপ্ মিংলুদা
খোংভন্ থীনা মাঙ্লয়ে নিংথৌ বামন্থিবনা—
ভাক পি ভপ্ ভপ্ মায়খোংদা লাক্থি খোংভন্ ভয়া।
লাংজু হুংশা মৈশা খুইথকয়বা হাজংনা
ভেকচবঙম্ ভদেক্ ভদেক্ লীক্লা চাটৈ ভয়া
চুম্থয়কপ: পামেয়া ভপ্ ভপ্ অহিংভাংলোদা,
হুংশি ঈয়া চা ভেক্থংথি নিংথৌ মিকুপ্ মদা।
ইন্থি পূকয় খুমাক্পনা থকউ পাখি মান্বা,
বাকয়েদো থর, ছব পুনশিসিদি ইপা,
লানুগী লাল্ ভাক্লিাদা—কাউবা ওম্ভ ভয়া বাবা,
চংলো চংসি হুমদা পোখাকয়সি নহাব,
কয়ে ঙসি ইমোম্ নঙনা পাবা খয়াস্তগী,
কয়বনি নঙবু ঐনা নঙী লালশিংদগী!

লোইয়ে সিদা "চৌংলম্দা নিংথৌ" কৌবা "মকচুংদা"
হায়বা অনীভবা সর্গগী অনীভব অধ্যায়।

# অনীশুবা সর্গ

## অহুম্শুবা অধ্যায়

### মরাম্দা মিংথৌ

চেলি ফুরেল্—চেলি অহুম্ পঙ্জেল্—থঙদে কৈদা—
থঙ্দে কৈদা ঊত্তিন্নুনি ঊভাক্নি কৈদা,
থঙদে চেলি কদোম্, থঙদে ঊকংলুনি কৈদা—
চেন্থদি চেগ্র অহুম্—ভম্থিবনি লাইবক্তা।
অহুনিদো পুন্শি মাস্ত- চেন্নি অহুম্ পঙ্জেল্—
লেপ্নোই চেন্বা কদৌ মৃত্তিমথৈ মাগী ঊচেল্।
ভম্জুনথ ওয়ন্নাই "চেন্গে ঐ অসোম্ অসোম্—"
ভমল্লবনি লাইবক্তা "চেন্নু নঙ অদোম্ অদোম্!"
ইল্লি নাউবা পুন্নিবা ফু—থঙ্দে চৎলি কৈদা,
চৎনি থঙ্দে কদোম্—চল্লি মাদি হুম্ পঙ্ইদ্রা।
অহুনিদো মীওইবগী পুন্শি থোঙ্ফম্সিস্ত
লাইবক্ মানা পুথা লম্বী চৎলি অহুম মাস্ত।
ফমো লমদাংনা চৎলি ফংভাইয়াইফনা কোম্না,
কংলহু লম্বীমা চৎপা ভাইদো থানা নংনা।

মৈদিঙ্ পাইথোম্ ভাংলি ওলি চাক্ লোইথি চৌংদা—
চাৎথি চৌংফৌ চাৎথি পান্ মাইয়েন্ থোঙ্হৈম ঊরক্তা।

## মোংজাই ঈচিক্

মখচুংদা—

কংলো শা য়েন মচেৎ মস্তং পৌরি তম্না পুক্তা,
তুম্মি কাংথক্ খাঙ্লি উতুপ—ওল্লি উপাকৃথক্তা।
ফিজোল্ অনৌ স্বদে—লোইরে মশা পক্লিবনা,
কুশ্মি পাম য়াল্লি থকুই পুক্যু য়ুখোম্ লাম্না লাম্না।
তিল্লি পাথং ফাম্লুপ, কুশ্মি য়াল্লি পাথং পাম্,
পাংই মতেং লৈশা ফাম্লুপ্ কুশ্মি লৈশা পাম্।
য়াল্লি উ চল্লি শীং পম্বিং পন্নাপ্ য়াই মশক্ক্,
লেয়ৈ তাল্লে য়াওই য়াহৌ তাল্লে য়াই মশক্ক্।
লোক্তা কুশ্মি চিংই নুংজাউ—থুঙানি অচম্বা,
থুন্গী হয়াউ ভয়াম্ পুম্বা শকক্ য়াই লোইনবা।
শংনৈ মীবু লাইবক্ য়ানা শান্নীং মশান্ন,
শান্নগুম্ থুৎহৈবনা হং শান্নীং মশান্ন।

বাহে বানা বাদে নিংথৌ—লৌই তপষ্যানি.
ইপাই দময়ক্ মচা ঐগী চংকম্ ধর্মনি।
লৈরি ম.গী পুঙম্দনা পুম্বা অম্বাবমা
মিকুপ থুদিং থম্মোয় য়াগী মৈশা লাংবা তাম্না।
থল্ল্ শল্ল্ স্নম্ চয়ৈ সনা ফিমন্না কৈদা
করম্ থুন্বা করম্ পুবা কংলৈ সনাপুংদা—
কংলৈ সনাপুংনা হৌজিক্ করি ওইরিগবা—
চাকুই থম্মোয় চিক্কুম তাঙজ লিম্না মহুকন্বা।
তারি অম্বাবই মরিমা নিংথৌ মাই মায়থোংদা—

## মরাম্দা নিংথৌ

হাম্নি মাশি মায়হিং মতম্ থাজগী মায়থোংদা।
ছুরি থমোয় সুজাশিংগী চুংশিবা চেংলোনা,
ওইনম্নি মথোই পোথা বারী মাপী মতৌনা।
করি ওইরি খুনাকপগী মমোম্ সুজা লৈরাং!
লেরি বানা থমোয় শ্রুক্ কং চুংশি মাই ঊথৌ লাং।

নিংথৌ মাদি কম্দৌরি! ব্রত কংলি—অর্জুনি,
শমদম গুণমীনা চেংনা শেনবা থমোয়নি।
থমোয় মপাই ইখিল্ মাঙ্তৈজ অহুম্ মদোম ভুগিন্,
মপাল্গী ঊরৈ খুদিং পুজৈ 'হুম্ ভুমিন্ ভুমিন্।
ফজৈ লৈতে শক্তা মপা কনা কদোকনি
চিত্রাঙ্গদা। চুংশিজকই থমোয় কং কদৌনি!
নোংথিজবী মাই মিচ্ছেতেল্ চঙ্দবা অর্জুনি,
তারে তানা চুংশি মপাউ তাদবা থমোয়নি।
মায়থীখি ইঙাটৈ নোংথিজবী চুজা লৈরাং,
পুখি বানা সুজা থমোয় চুংশি মাই ঊথৌ লাং।
তম্খিবনি নোংদঘনা ওইনু মাবু অর্জুন
লাকোই মচু তরেৎ তোংবা চক মাগা লৈপুল্।
খৌজানবিখি 'ছনা চুংশি লাইনা লৈমা মাবু,
শীনখিখি তম্না ব্রত চেৎপা অর্জুন্ 'হবু।

নোংদম্ মাগী নোংদম্ খেৎলুগনি করম্না
মীওইবগী মপোক্তা পোক্নবা কনানা!

## নোংজাই ঈচিক্

মঙ্গছংদা

"লৈদেত্তে কনা ঐগী সিদা, লৈত্তে করি গত্তি,
পীগনি থল্লি মত্তেং হুজা মাদনদি—
কায়সিগে কয়ম্ 'ছবু কললুপ্পা ব্রতদি—
ওইরোইদৌরি চবু" বাখি নিংথৌ "ঐদনদি।"
উক্রয়বোই নোংথৌ পুনশিবনা মখূই রাবা,
থল্লয়বোই পীনবগে মথৌ মাগী পাঙবা,
ফাওখি মঙ্লাঙ্গান্দা মপল্ নিংথৌগী শক্তম্দা,
পীনবিখি চীন্গোই য়াথং নিংথৌ মাগী কাদা—
"পারি নঙবু ভাবয়া লাইনা থাবা লৈপুন্নি
হুজা লৈরাং ইঙাগৈ—নিংথৌ নঙী লৈমনি।
খুল্ল ইপাই চরৈ ফিমল্ লৈমা মাগী মত্তেংনা,
হল্ল কংলৈ সনাপুংদা পারি নঙবু ত্তয়া।"

মঙ্ফাওনখি নিংথৌ—উত্তম্ ত্তোই মপল্ নিংথৌ।
"নপারি রাবা উ লাক্লবোহ" সোন্খি পাথৌ।
হৌখি মিৎলু পিরাং—শিম্খি চহুম চহুম্ পি,
"কপ্পোই থঙ্নি মীনা" থক্তে থয়া 'হুম্ মিৎকী পি।
ত্তজা পাযেল্ মত্তম্ নোংদোল্ ঈরা ঈফুলবা
চোৎখি নিংথৌ মশা পূমচোৎ পিনা শিম্বকপা।
"হঁ মাঙ্লে কল্লিনো, কংগ্লো নাসোল মাঙ্লে পূম্মাঙ"
থৌহ্নুংনি পাথৌ থস্মোয়, চুপ্খি ত্তন্ প্রক্ পিরাং।
তুম্বদি য়াদে—ওলি করং করং কাংথক্তা।

## মযাম্দা নিংথৌ

ছুম্নি কয়ম্! বাথম্না মকোক্ তম্না কাও্ হুংদা
চৎলি মৃত্তি পাম্না পয়েং পয়েং মাগী মিত্তা,
উৎলি তুংগী পুন্শি থোঙ্ফম্দা ভাব্কী ফিজংদা।
ঙাইথিনিকো থম্বদা ওম্নাং ওন্শাউইদো
নিংথৌ—হোন্বনিদো, মীগী হোনবিনিদো।

চৎলি উবি নিংথৌ মশা সনা লুয়েল্ নম্দা
থোং, থোঙাপ্ চাউগান্ মৈদা নেৎ। শম্ মাঙদা তন্থা
চেল্লি তফিং তফিং চৌংগী লৈবাং নৌংখিজবী—
"বাগড পাম্মু" থৌমি থোঙাপ খুদিং নৌংখিবী
"লান্বদ লাম্লবা মরাম্ চৌংসে নোংঙাজ্রিভৈ
হিংলে ঐথোয় থঙ্ পাম্মু! ঙালো নোং লাজ্রিভৈ,
শিবা চঙবা অনীদা নম্লবনি শিবনা—
চেম্ম চেল্লি পাম্মু নঙবু, ইম্ ইতুং কম্না
চিংগে লম্বী নমাও ঐহাক্" তাবি মতোন্ তম্না।
ইল্লি নিংথৌ মানা হুম্দা থোঙকম্ চেম্না চেম্না।
লাল্লি লোইথি চৌগী পল্লোম্ অহিং হুংখিল্ কম্না
চাবা মচেৎ তুম্বা মচিৎ থাঙলি অম্বা কম্না।
থম্দে হুজা মশাই বাবা, থকৈ নিংথৌগীদ,
য়েংদে নিংথৌ মশাই বাবা, য়েংই হুজাগীদ।

খুংলে কংলৈ সনাপুঙ্গয়োম্দা—মৈয়ে তম্না
কংলা মাইথুং। চেম্মক্কে লোম্শং খিবিক্ লোইনা।

# লোংজাই ঈচিক্

মকহুংবা—

নিংথৌ সনা থোঙ.লেঙ্লক্লে নিয়মক্লে পূরিল্—
হাদোয়ক্লে লৈমকোল্ সনা কংলা পুরিল্ নিল্।
উটৈ নিংথৌ মাবু কপ্লে হক্কবনি থল
অশিবগী থয়াত্তগী। উটৈ চটৈ ফিমল্
কপ্লে লোইনা থম্মোয় শোক্লা—নিপা থঙদে ঙপী।
থাগৎনরি মিংথৌ মাবু লোইনা নিপা ঙপী।
চরি ফিমল্ নুকোইবিদ: নিংথৌ মাই রাজমল্
কোক্লি মাইথৌ শীংদ চনুবা মিংথৌ সনা লোংমল্।
উথি নিংথৌ পূয়থক্লি চলচ্চিত্র মতম্—
থোয়মাং থোয়শাউই, ওলি 'ছনা তাইডম্দে মতম্
তাইডম্দে মীওইবা হুতাইবগী হৌবা মতম্।
থাঙ্টৈ রানা, তাইডম্দগুম্—অত্তা লোইবা মতম্।

হয়ে চৌংটৈথ, তানে ইঙ্কং, থোংলে মেল্—হৌগৎলে।.
নিংথৌ, খুবাং চাংজৌ ভন্না চেপ কোক্ নোম্ থুমক্লে
কো সনা পাথংবা। থম্লি মিৎকম্ সনরোক্তা—
কোক্লা নীংথিজবী চৌংটৈ লৈমা উথি মিত্তা।
লৈটৈ মিৎকম্ ভন্না থাদা—উথি 'বুম্, মিত্তা
কোক্লা নীংথিজবী মালেম্ লৈমা শবু মাঙ্গা।
নীংসিংলকুম্ মতাং চাক কাউক্রবা উশৈবা
থমোয়না তাজবা নোংমই পুন্শি মতেক্ অমা
হুংশিব্রবা, নীংসিংলকৃথি নিংথৌ মিকুপমদা—

## ময়ামদা নিংথৌ

তাবি ইঙাটৈ চট্রে কোংগোম্ নিংথৌ মাই তমদা,
মালেম মতম কোন্না নীংথিজবী লেপলি মাঙদা
তুম্বুং তনিক্ চীংথৈ মতম—কম্লপ য়েংলব লৈদা
থম্লি মিৎকম, নিংথৌ মাই মতং তাবি মিত্তা পি,
চেক্লি নোমোম চীংলমদা থৈতখোক্ নংদ মিৎকী পি।

লাইবক্ থীক নত্রে কক তূম্লি নিংথৌ লান্দা—
খোলি মাবু মুজা লৈরাং খোৎনা নৌবা তমদা।
কম্লি মাগী মতং, শিম্বি মিত্তা তপ্ তপ্ পি—
খোক্লি মাগী কাদা অমৃত মতম্ মুজাই পি।
পীবি লোহো মপোক্ তম্না শিরবা মঙোন্দা,
পীবি চঙ্কম্ মপাই কাইদা য়েক্লবা লম্থৈদা।
মীংসিংলুটে মুমিত্তু তাথি নিংথৌ মিত্তা পি—
থম্বক্তে মুজা মাগী প্রেম্ শিম্বক্থি পি
হেন্না হেন্না অম্বম্—চোৎথি পূমচোৎ মশা পুবা।
কাউথি পূম্কাউ মশা, মম্থি লোইনা জগৎ পুবা,
উথি মুজা মহাক্তমু নোংথক্ মোংখা পুবা।
লাক্লম্লবোই মুজা মাদি, পোক্থিবোইদো রাবা
য়েংথি তুমিন্ নিংথৌ মাহ্—মিৎলুদদি পিরাং,
শক্তমথি ইচুং লিক্লা ঔফুজবী লৈরাং।

নীংথিজথি মুজা মায়থোং শীঁজেন্ থবাল্ মতম্
ইচুং–লিক্লা–ঔফুজবী, মেথৈ লৈমা মতম্

# মোঙ্খাই ঈচিক্

মঙ্গলুংদা—

নোংদোল্-ঈয়া-ঈরায়জবী, তলা উরী মতম্
নোংজা-লীক্লা-শান্দোংজবী—হেন্থি মুজা শক্তম্।
কোংগোয়থি থাখুম্কি উরি তংথাই তংথাই থা .
বাথিবনা মম্। হেন্নি খাত্রাং নীনি-পান্‌বা থা।
মুরি 'হুদা পি। নোংথৈ চারীক্ মচোল্ তম্না লাং
নীক্লিক্লজ তগুপ্ তরেং হেন্নি মুজা লৈরাং
মাংগোল্ উথোং লাং—থম্মি থঙ্দে মিৎফম্ সিমদা।
ঈফুজক সনা ঈরী ইচুং সনরোক্কা
সনা হক্চাং পুম্চোৎ সনা ঈরী শিহু শিহু
ঈকাজৈঙে মরী মরী সনাগী লোক্চৌন্দা
হেন্নবগুম্ তন্ চোংথৈলৈমনা নীংথিজবী
হেঙরিয়ে হেঙরি মুজা লৈরাং শক্হেন্‌বী।

উক্ক নিংথৌ হুজা মাবু ফাঙম্থিদে থম্মোয়—
"থায়বনি খোঙা ঙসি, লোয়ো ঐগী থম্মোয়,
খুল্লাকপগী 'মস্ত পোক্পী মমোয়ি খঙি নঙ,
পীদৎ পাদৎ ঐগী ইপা নত্তেম্ন খঙি নঙ—
লৎনগন্থ হুবু মুংশি ঙসি ঐগী অথেল্—
পান্মু নঙ্গী নতুং লাক্লবনি ঐ মানা লেল্,
ফাঙম্দবে থম্মোয় ঐগী মুংশি নঙবু ঙসি,
লোয়ো থায়বনি খোঙা, লৎমরহু মুংশি'!"
চৌবুগোইথি তন্ নিংথৌ মুজা মাগী খুজেং পালোই।

## মরাম্‌দা নিংথৌ

কোন্‌থি হুজা নিংথৌ মাবু ঙাইঙম্‌থিদে বাযোই।
লোৎথি মায়থোং তম্না পাম্মু মাগী মথাঙ্গৎদা,
থোক্‌থিদে মচৌল্‌, শিহ্নথি পিয়াং তন মিৎলুদা।
চুপ্‌থি নিংথৌ হুজা মায়থোং খুবাংনৌনা তন্‌ থুল্‌—
ঙইয়ে হৈজ লৈমা চিত্রাঙ্গদা—চয়ে খুৎ অর্জুন্‌।

তুম্বা পাইবা চেক্লা মতম্‌ কুম্লে পাম্‌ কুম্মিদৈ,
পোথা মতম্‌ তন্‌ থৌ পোথানয়ে পোথামিদৈ,
ভাউখিং হৈয়াং চামিদৈ, মুথোম্‌ লাম থম্মিদৈ।
কায়ে হুংশি হেদৌ হৈয়াং তম্না লোঙ্গামিদৈ।
হেমোইনজ হুংশি মতুং লৈয়াং লোম্নিগিদৈ,
কায়ে খুন্দা কামিদৈ, তম্নে চৌন্দম্‌ তম্মিদৈ।
কোয়য়ে কোয়মিদৈ হয়াউ তয়াম্‌ শরুক্‌ য়ামিদৈ,
থরায়মনা হক্‌চাং অনী থোক্ল্‌বয়া উটনে।
মিনা হক্‌চাং কোইবা মতম্‌ ইরোয়দমা লোয়নৈ
লৈতে বাংলৈ মিফুপ্‌ মতু অহুক্‌ 'নীদো থানৈ।
উয়বয়া উয়ী কনা থাবা তলা উকা!
থান্দবা লৈ তলা কনা উয়ী কাদা উকা!
হিংলিডৈদা জীব কনা থানৈ থরায়—
লোইয়বনি পুন্‌শি থোঙ্‌কম্‌ থায়ো মীনা থরায়।

লোইয়ে সিদা 'মরাম্‌দা নিংথৌ' কৌবা "মঙ্গহুংদা" হায়বা
অনীশুবা সগৈ অহমস্থবা অধ্যায়।

# অনৌসুবা সর্গ

## মরিসুবা অধ্যায়

### ফুজা লৈরাং ইন্তাচৈ

তারদো সেম্থি তিলোত্তমা কচ থিবিক্ লোইনা
মচি লৌ ব্রহ্মানা। সেম্লম্ তাই ইন্তাচৈবুনা
উনিংউ তন্না 'মূক মানা তিলোত্তমা অমা
কজবা লৈরাং নীংথিবা হৈরাং লোইনা তন্ মা।
লোইবী চৌংদা ওংবা ফজৈ হায়না নীংথাবা
তাইদো মমি ফুজাদা হৈরাং লৈরাং লোইনবা।
লৈনানা সনা লৈয়োম্না খেম্জি—উক্ত লৈত্তৌ
লৈরাগী, সেম্লম্ তাই ফুজাগী ফুংশিবা চেংলো—
তবা তবা পিশূমনা মূরৈ খোইখোইনজবা
কামুগী লীকং ওম্জনা থখোয় খুদিং হুরবা
হাঞ্জি মাশি মায়খোংদা লৈরেন্ লৈচু তম্ জবা।
য়েকচৈয়েনি মিথলানীনা লৈয়োন্ খোম্জিন্বা।
য়েংলুই মাত্তা পুক্লিং হুই—ফুন্দো লৈরাং পরেংনি,
ইরুং ইরং মাতোম্না তাউজিং কখোই মত্তম্নি।

মোক্লবা শম্লাং মৌগী শীংদা চন্, উরমি
লৈশংলেন্। পুক্লবা সুফুং শম্জি উরমি

কাঙুরেলা

## চুপা লৈবাক ইঙাকৈ

শম্জিবৈ। খোক্খিদ্রে 'ছুবু চহু শীং চন্বমা—
শম্লাং য়োক্ফদবা মতাং ওইখি মরাম নাৎনা।
শম্লাং য়োক্কে কদৌনি ফজৈ অহুম্ ফজৈ,
পোক্কুবা ফজনা ইকদ ছুম্ মফজৈ।
চৌংগী থবাল উথবাল পাম্নে লৈনা মনীংথি,
ভলা ওংবী লৈছুংশি পান্ত্রে অহুম্ মনীংথি।
লাইজ ওংবী লৈথবাল্ য়াওরে নাউকল্ মফজৈ,
খীঁজেল্ লৈবাং লৈছুংশি য়াওদ্রে অহুম্ মফজৈ।
ভাংজবনি লৈতেংনা ফজবী চেংলৌদা,
ফজবী চেংলৌনা ভাংবা নম্ভে লৈতেংদা।
কদি শেৎলে মফজৈ দনয়েবী শক্হেন্বী
কিগে শেৎলে মনীংথি চুপা লৈবাং নীংথিবী।

ভাউবিং হৈয়াই মতম্ভি ভডাং হডাং থজাইনা—
মৌক্লিক্কুজ ইয়ং লং কমকচফ মোংথেনা
"লাইনা থাবা লৈনি ঐ" চোম্পা য়াদে মতানি—
হাইরি নাকা য়েৎকা পা—অহুক্ মহাইজবনি,
ওইক নাইম্ হেজবনি চুপা মাই শক্হেন্বী—
কাজৈ মশক্ লৈতেংশিং ভাগো কাদা ফজবী
ফজবনা চিন্বা লৈ চমি ভমা ফজশীং,
চিমো 'ছুমক্ অথীবনা চমি 'ছুম্ অথীশীং।
লৈতেংগী পোৎলম্ খুদিংমা শকী নাইনিদো নাই—

## লোংজাই ঈচিক্

মকচুংদা—

থীরে থীনা পোৎশক্ হেন্নে কজকা মঙাল্ নাই।
মায়হিংনা লৈতেং ওই হেন্নে থাজগী মায়খোংদা,
নাইগী মূক্না হেজখি শাৎপম্ চহুই লাইবক্তা।
নিংথৌসিগী লীকৃথাংমক্ ভাওখিবনি মুক্‌দা,
কপ্‌থিবনি পূন্‌শি চুপ্‌ নাইরোল মাগী দমক্ত।

থৌরি য়েংলে মনীংখি—শাংতক্ কোলক্ লৈশাৎ তম্
লৌনা ঙানুবী মোইবুংলৈ—লৈয়াং মাগী লৈওং তম্
সেম্‌থিবরা থওদে লৌনা ঙৌবী থৌ নায়িবী!
থাদা য়েংলুই পুক্নীং হুই—চাউরোদনা চাউদবী,
পিক্রোদনা মঙাল্ লৈ ঙম্না অচুম উজবী,
থোঙ্‌থাং খুজিং হুজাগী তম্না ঈপোয়জবী।
নীংখিজবী থা—থওদে মিতম্‌থিবা করিনা—
তম্‌থি থওদে উথবাম্না নত্রে হৈবাংথোয়রনা।
পূম্নমবী খুৎশানা লৈহাউ লৈয়েন্ মতরি,
নীংখিজবী থোঙশানা কোঙ্‌য়াঙলৈগী মশক্লি।
ভাঙ্‌নবা খোঙ্‌জেল্লা তারি লৈবাক ক্ষোদোক্লে,
ভঙাংনবা খুনীংদা হেন্নি লৈয়াং কোয়ীতৈ।
লৈগী কোমি হায়সিবা হৈগীনিব্ কৌসিক্না,
নত্রে অনৌ তম্না ক্ষু হেজবনি শক্লসিবা!

লোইবি লোকৌ লোক্সায়দা
জলা পাক্সেন্ উকাদা

ছুলা নৈয়াং ইঙাতৈ

শাচ্ছবিয়ে উথবাল্
চৌংগী থবাল্ উথবাল্—
য়েংথকচো নৈছুংশি
উভগনি ইঙাতৈ
খুলাক্পগী মযোয়োম
ছুলা নৈয়াং নৌংখিবী—
পাথং পুক্লিং ছুংতোতৈ
শক্খি 'মনা খুলা পাথং।

ছুম্ লোক্কা চৌংখানা
লোকী নাইজ ইপান্দা
উয়োম্ংদা মথী ভম্
ইপাম্ দাংনা নৈশাং ভম্
শাচ্ছবিয়ে নৈথবাল্—
নাইজ ওংথী নৈথবাল্—
য়েংজকচো নৈছুংশি
উজগনি ইঙাতৈ
খুলাক্পগী মযোয়োম
ছুলা নৈয়াং নৌংখিপ্রী—
পাথং পুক্লিং ছুনতৈ
শক্খি অমুক্ 'মনা পাথং।

## নোংজাই ঈচিক্

মঙ্ক্ষুংহ:—

লোইবি চৌংগী নাপোম্দা
মলোম্ ভুমিন্ চৌংখাঙ্দা
শাক্চরিয়ে লৈথবাল্
লৈকং ওংবী লৈথবাল্—
য়েংজকচো লৈহুংশি
উজগনি ইঙ্গাইদে
থুম্লাক্পগী মমোয়োম্
চুজা লৈরাং নীংথিবী—
পাথং পুক্নীং ঙমদে
শকুথি মঙং 'মনা পাথং।

ভলা উকা হেন্নরে
লোইবি চৌংমায় ঙামদে
মৈদৈদ লৈম্না নোংচুপ্পাল্
কদাহও লৈহুংশি
শাক্চরিয়ে উকা লাং—
লোইবী নম্লোম্ ভম্না লাং—
য়েংজকচো লৈহুংশি
উজগনি ইঙ্গাইদে
থুম্লাক্পগী মমোয়োম্
চুজা লৈরাং নীংথিবী—
পাথং পুক্নীং ঙাওনদে
শকুথি মঙং অমুক্ পাথং।

## ভুজা লৈরাং ইঙালৈ

মালং মাখু কৌনৈ, চেল্লি লৈনম্, লৈনম্ পাম্বা।
কায়দে কৌবা 'মুকুম্ন য়েংউ লীচৎ, ইশৈপাম্বা।
নাশংলক্তা লোম্না লৈশাং তম্জবা লৈরাংগী
লৈনম্ তন্ হু চেল্লি হেক্ত, অয়োম্বা থম্মোয়গী
চিপক্ ঙংজক্রবা চুংশিশৈরেং চেল্লি হেক্ত
লোম্না হু—ঙংলুই তম্না হেক্ত মফম্ থুদিংমক্তা।
মকম্মদা ঙসি লোম্না ঙংজখিবা ঈশৈ—
হয়েংদি, নোংমু ভাপ্সে, ওইখি লৈথাক্তী ঈশৈ।
ঙসি থুঙা পাথংশিংনা লোম্না ঙংজক্রবা
অয়োন্বা থম্মোয়গী চিপক্পা ইশৈ লোইনবা
চেন্থি মালং মানা তন্ হু য়োথি লৈ থিবিম্না—
শক্লথিদো, নোংঙাম্সে, হুপী-অচাং থুদিংমা।
শন্থি তম্না ভুজা লৈরাং ইঙালৈগী লৈনম্
চৌংগী পলোল পলোল তন্ লাল, হাথি লোইনা চৌংকম্।

লোইয়ে সিদা "ভুজা লৈরাং ইঙালৈ" কৌবা "মঙ্কছংদা"
হায়বা অমীত্তবা সর্গগী মথিত্তবা অধ্যায়।

# অনীসুবা সর্গ

## মঙাস্নবা অধ্যায়

### লৈরাংগী লৈখোং লীময়কপা

নিঙোম্না য়েংবদা মশক্ মতৌ হান্না য়েংলৈ,
পারি পুরিনা কয়ি কয়ম্ তৌবা য়েংখৈ।
মচৈ মশিং শাজং মুংজং লোইনা তন্ য়েশিলে.
মুক্গী মবেম্ময়া ওইবা য়াগদয়া য়েংলৈ।
মীপুম্ খুদিংদা অপাম্ পূবা মমো হায়বদি
য়াদেদে।—'মদা নক্রে 'মদা হোই হেক্ক মীদি।
য়েংলৈ 'ছুনা ময়ম্ কাবক্ তবা মীওই তয়া
থৱৈ 'ছুনা তয়া, কনানা খোই, তাই কনানা।
ইঙাইনীগীদি লৈতে কয়ি খোইনা থয়ঙাই,
য়েংদুবদা মাগীদি ময়ম্ ঙাক্নি পায়ঙাই।
মশক্ ফজৈ—মপা লৈতে, দূজৈ, নাটৈ, ঈংজৈ,
মচৈ মশিং শিনুত শিহা বাক্তে লোইনা থৈরৈ।
"ইদোম্ পোকপী ঐনি" কেখোকচকুদে কয়িঙং,
শামান্ মমান্ 'মত্ত নাহন্দে মবুক্ কদোইহুং।

লৈয়ি শিদা মাগী ম্মুক্, থ্বাইদই হেন্‌বা কয়াম্
মমল্ হকুপা ঙাকনিদো 'মনা শকপী ময়াম্।

## লৈবাক্‌কী লৈথোং লীনবকপা

মপা য়েংলে খুন্নাকপনি নত্তে চুমই মীচম্‌,
লাম্‌ লৌবা লালোইনিদো, নত্তে 'হুম লুচম্‌।
নিংথৌ সনা লুরেম্নিদো মীনা ফংঙম্‌দবা,
চাৎপী লম্‌দা খুম্নালক্কা ফবে তন্‌ ফম্লবা।
পাম্লোই কনা ঙাইয়োইনবা মযোম্‌ মাগী তন্‌ হোঙ্‌
চাংলৈবাক্কা খুন্নাকপগী ঙাইনি লাউবা তন্‌ কোং।
মপাই মঙাল্‌ লাং ঙাল্লবীনি থাঙম্‌ মঙাল্‌ নাই,
সনা ঈঙম্‌ শেংলবীনি চরে ফিশক্‌ তন্‌ নাই।
পাম্লোই কনা লেম্লজবা লৈত্রোল্‌শিংগী লক্কা
পুথোক্‌চবা "ঐগী মৌনি" লৈবাক্‌ মীয়াম্‌ মাঙ্‌দা!
সিদা নত্তে লৈমি 'মুম্‌' চুজা মাগী থোইথোইবা—
লন্‌গী অগৎনিনা মীপুম্‌ খুদিংনা য়েংনবা।

থক্কা থাদা অমা শাক্তে—মদোম্‌ শাৎপী মানি,
খুন্নাকপগী মরল্‌ লোইনা চাহো তপী মানি।
পাম্লোই কনা! মীওইবনি মচাক্‌ মরল্‌ থিবা,
থোঙ্‌কম্‌ খুদিং থোঙ্‌থাং খুদিং য়াইফলবী য়েংবা।
লৈশাং তম্রে থবাম্না ফুজিমঙম্‌ থোইমুশিং
ফুজিমথি তন্‌ চাংলৈবাকী য়ায়তোঙ্‌ থম্‌দোংশিং।
নত্তে থম্নদংদ—ছবনি লোইনা হেক্ক হৌ,
য়াইমুমঙম্‌ তাঙ্‌দ লিম্না মফমই লোইনা হৌ।
হুজা মাগী মনুকৎ—ককুদুনি মশীং কনানা!

লোংজাই ঈচিক্

মফংদা

মণিগী মমল্ ওয়্থিবরা ককপা মতম্মা !
নোংথৈ্ চারীক শেন্বুং বঙুং—মশীং নাইদে, কঞে,
চরৈ ফিজোল্ ওক্ য়েল্গী বাদি থম্সি—কায়দে।
হয়বনি মাগী মন্কৎ লোইনা হেক্ক হনা—
"ফংলগা লোইরে" সিদনি থল্লিবা মথোয়না।

থাজ খুদিং লাক্কে ঈচাউ, নৈদো মাগী মতম্,
কাদে ঙাপী ঈকা খুদিং, নাইদো কাবা মতম্।
লাক্লো ঈহল কুম্নি ঙাজাউ মাঙজোননা মতম্,
ঙাচোই ঙাক্লা ঙায়হোইদো—নাপ্ তাই শোয় য়েং মতম্
থঙ্না চৎপা খুলাক্পনি থোঙ্ফম্ 'হয় উরবা—
নাপ্ফোবগে শোয়রেল্ হন্দক্ লেপ্থি তন্ শোয়ফবা।
"তুংশি ইচা মুংশিফদে নিঙোয়িদো মাদি,
তাংজো উকা তমথরবা উরী চানি মাদি।
শিবা চঙ্বা তবা ওমদে—থোঙ্ফম্ 'হয় লাক্লে ঐ,
থঙ্হোসঙ্গ মাই মফম্মা নৈয়িদৈ মপা ঐ"
থম্ম অঙ্গম্ লেপ্থি কাওজনগে মথোম্ মাগী
ওক্লোং নিংথৌ মচাদা মপা চাবা য়েং মাগী।
উক্ক তাক্ক খুক্থি মুংদা মুজা ওইবী নৈয়াং—
থাবা উল্লাং চাবা মতম্ কম্থি মবাক্ নৈয়াং।

হোল্লি মুজা অবা শোয়, ফম্নি মদোম্ তুমিন্—
পিদি মিতা চক্লম্ চক্লম্—শিহৈ তুমিন্ তুমিন্

### কাজুরেদা

লৈমাংগী লৈখোং লীনরক্পা

পোখ্যা পোখ্যা মরী মরী, তন্ 'মুক চহুম্ চহুম্—
লীক্লা ঈরী মরী মরী, তন্ মুক্ মতুম্ মতুম্
শিঙ্গ্রিয়ে থম্বাম্না মেরা'পাগী মাক্কেদা
উকোয়্‌ংদা ইচুগী ভুমিন্ পোখ্য পোক্পা।
অম্তম্ অম্তম্ শিঙ্গরক্ য়োরি চোংলি মুজা থা,
কাউবনরা তৈথোক্তে—চোংলি লুপ্পি পৃমলুপ্‌ থা।
উরু মতো মমোম্গী কায়খি পম্মোয় খুল্লাক্পা,
ফাখি 'হুবু মথম্মোয় য়াংগনা অচুম্বা—
"ভুংওইনরম্ মপাম্ লমদম্ চংলনি মীরম্দা
শেংনরম্ মপামম্বা তিল্লুরনি মীতোপ্তা
মুজা পৃক্লীং ভুংশিরু কপ্‌চবনি ইচানা—
নোংগ মোংমই অম্মম্‌নম্ তাইশিন্‌খিনি মতম্না।"

লানবা নত্তে, চুম্লিবনি থুল্লাক্পই য়াংনদে'—
শোয়ব'গদি 'হবু তন্ 'হুম্ মরৈরে—মরৈদো।
লাইজ ঈয়েপ্‌ ওনথদি লায়না থোক্কই মীগী কা,
থম্মোয় ময়েপ্‌ তুম্বদি তরাইদেদো তাইথং কা।
খঙ্‌লবসু মীনা ইরেন্‌বুংগী অথেল্ অরু,
খঙ্‌ত্রি কনা ঙসিফাও থম্মোয়গী অথেল্ অরু।
খারম্মনি মপাম্ লম্দম্—কপ্‌চৈ চুম্মি মুজা,
কায়নরনি পলেম্ পম্লৌ—কপ্‌চৈ চুম্মি মুজা।
তম্না 'মুক্ উবই আশা মুত্তে 'হুমু মামী কা;

## নোংজাই ঈচিক্

মঙ্গচুংদা

লৈদো মবুক্ ফাজিগনিঙাই হুজা মাগী কা।
"কায়নবো চুংশি মাগা লোইরেদো পুন্শিসিমা,
তায়গ্নি পাম্মু মাগা পুন্শি জমথৈসিমা"
সিনি হুজা মাগী থম্মোয় খোয়া খোন্ চাগ্রিবা,
হুজা মাগী থম্মোয়না হিংনা হিংনা কাগ্রিবা।

থেম্মি কয়া খুল্লাক্পীনা পেৎনা নোনা থাদা
কোল্, পিগা পিগা চীয়োক্না অহিং চংথিল্লীদ্বা।
ঈহোয়রক্নুম্ গঙ্গানা গঙ্গোত্তরীয় নুংথোঙ্ হাং,
যমুনানা অমুক যমুনোত্তরীয়গী হাং—
চেন্গুম্ ইপাল্ চাউনা ভারত্তকৈগাক্ ঈচেম্মীনা
সঙ্গম্দা তিল্, মমামচাই পিগী ঈচেম্মীনা
ময়াম খুল্লাক্পগী মাংগোল্ থোঙ্গোংলাংদা তম্না
তিল্, চেম্ব্রিয়ে ময়াম্ চীংগী চীংমায় নাপোম্ থোয়া।
ঈতিম্নগুম্ গঙক্ শোন্ কোশীনা মথং মথং
ঈনোংলরি লৈয়োল্শিংগী পিনা মথং মথং।
হৌরি তম্না পিগী ঈচাউ ঙসি ময়াম্ চীংদা—
ভমথিদে 'হুবু ঈচাউনা মুৎপা হুম্বাই হুংদা
চাক্রি' মৈ—চাক্লিক্কৃথি 'হুম্ কায়থি থম্মোয় হেনহুম্
চম্নো ঈয়োল্ সহ নুং চাক্ই কায়দো তম্না 'হুম্।

চীন্গোইরক্ই খুল্লাক্পী তৈথোক তৈথোক্ মিৎকী পি,
তৈথোক্চৈদো কদোনি—থক্পা লৈব্রা মমাই পি!

## লৈরাং লৈখোং লীনরক্পা

লাংলেল্ নঙবু তাবরা, তাউনে নঙবু 'মা শক্পি,
চুজা: ওইবী ঐখোয়নি লম্লাল কাই কোইউ তম্বী।
নঙ ঐ মী পুম্নমক্তী মকমদা খোক্পা চাক্লি,
চুজা ওইবী ঐখোয়দি মালেম্ ইমাই মশক্লি—
পুওম তুমিন্ লোইনা ইমানা পুবা তম্গনি,
খাঙহৈবনা চুপী ঐখোই অশেংবা শক্তম্লি।
খাঙ্উ খাঙবা তম্মু নঙ চুপী ঐগী ইচানি,
খোক্উ চুপী নশাগী লাংলেল্ নঙসে চুপীনি।
লাংলে চুংশিং মুৎলি অতুম্ মৈরিনা পিরুবা,
কায়দো মৈরি হেল্লি মৈঙাল্ মৈরিনা চাউরবা।
পলেম্গী পুক্থেম্না ওইরু চুংশিং চুজা কা
কাখি মৈরি চুংশি মৈচাক্ চার্খি থম্মোয় পুম্না।

লম্জাউ খোম্না চাক্পা মৈ, তারে লীক্লা মমুৎলি,
চীংমায় নাপোম্ তুনা চাক্পা মৈসু 'তুম্ মমুৎলি।
চুংশি মৈদা চাক্পদি, তারে লীক্লা, মুক্তে মৈ,
তারে তারে কায়দো মৈরি, হেল্লি মৈচাক্ তন্ মৈ।
নোংজানা 'সুম তাপ্লিলক্ মৈচাক্লা 'সুম কন্থৎলক্
কশি মরাক্ লোইনা চুজা—ওল্লি লৈরাং লৈশক্।
লৈরোই লাক্উ লৈরাংনা কেজি কদায় কেনুঙমদ
কেনুখিচুসি লৈঙেম্দ য়াঙবণ্ডম লৈখোক্লা
তরোই তরোই লৈচু ওল্—লেজৈ চুজা লৈরাং

মঙ্খুংদা—

১

নোংম নোংমগী পুন্শি পুঙমদনা য়ানা থাঙ্।
"হুংশি মাদি খুন্নান্বনি, থঙদে পারি পুরি,
পীদৎ পাদৎপনি, নৈতে কনা মাগী মরী।
করি করম্ য়াইথুংগবা পাম্মু মাগী কাদা"
থল্লি হুংদা কপ্পি ভুমিন্ ভুমাইদবা মোন্দা।

হায়মিরা 'হ্রদে "মাই ঐদি পাম্দে, নৈজরোই
ওক্লোংনিংথৌ মচাদুদা। হ্ঁ ওইরোই, কান্নরোই
মাহুনদি করিস্থ, থাজমি 'হুম্ অমদা,
হামু হামু অহুম্ মতাগনি ঐঙোন্দা।
য়ুথাম্নরোই হায়মি, কান্নরোই কৈফ মাহুনা—
য়ুমদা নৈনি ঐদি মহায়রো—য়েংনি পোয়দনা
য়াওং ইন্বা অমা—নৈত্তে ঐগী চেন্থক্মত্ত"
থঙ্গে হুজা অসুম্ মওল্ মওল্ পায়মহুংদা।
ঙাওই কোক্ থাভম্ থঙ্দে মেত্তাদে করিমত্ত—
থল্লি ভুমিন্ পিদি চত্নম চহুম্—কোক্লা মোন্দা,
"ফোঙ্লসিরা 'হুদে হুজা ইবুক্ পহৌ কাদা—
হ্ঁ য়াদে মাঙ্লে হুদি"—নীকৃথি শাই থম্মোয়হুংদা,
"শাউদোক্থি ভন্না ফরং হাৎলো ভুম্লো তৌথোক্থি
ওঃ মাঙ্লেদো ঐদি" কপ্থি ভন্ থম্মোয় থুক্লাউথি।

"ওইররোই হন্দকী মপোক্লিদদি,
হিংলুহুনা কান্নররোই হন্দকীসিমদি।

## লৈরাংগী লৈথোং লীনরক্পা

লম্লাল্ কাই অমা কোই হিংলুবগী শরুক্পুদি
ফরে চৎখিবনা অশিথেন্দা তম্নবুদি।
কাম্নখি হিংনা লেনবুদি পুন্শি ডোনা ডোনা
মাঙজোনগ্রগে ফদোক্লনি সিদা ঐনা—
ভাইক্লবগে পাম্মু মাবু হুজা ইনীং তম্না
বারে বানা ভাইনচীংদা কপ্রে কপ্লা শাংনা।
হুংশিবিনি হুংশি মানা মাতুনতুম্ থোইনা
পান্মিন্ননি অশিরম্দা হুজা ইনীং থুংনা।”
লেপ্থি তম্না লোইশিন্নগে হুজা ওইবী পুন্শি
লোরে য়াথং পাম্মু মাগী হয়েং কৌবা নোংসি।
নীংশিংলক্থি উথি পলেমপম্বো তাঞ্জাসিদা.—
শাম্থি হুবু তম্না শক্তম্ হুংশি মাই বাথন্দা।

লোইরে সিদা “লৈরাং লৈথোং লীনরক্পা” কৌবা
‘মঞ্চহুংদা” ছায়বা অনীসুবা সর্গগী মঙাংসুবা অধ্যায়

# অনীসুবা সর্গ

## তরুকসুবা অধ্যায়

### নিংথৌনা সনা লীথোঙ তাকপা

জগৎসিগী লীচৎ অমা—পথাপ্নি কায়দবা;
লঙ্‌নৈ অরাবা সুঙাইবা, শিরৈ তোংবা মাঙবা।
হল্লি লৈরাই ঈশিংনা চেল্লি লৈচাক 'কুৎপদা,
হন্দে কদৌ ঈশিংদো হল্লি মতম্ পুম্বদা।
নীথায় লৈরাই তোঁডি লৈকুৎ—চৎনৈ চথৈ 'ঙুম্মা
কম্‌ই লৈ মরাক্ থুংই মবুক্ খোই—চৎনৈ 'ঙুম্মা
কপ্রে কনা সুংশিরু মী'মা সুংঙাই মীভুনা
"সুংশিভুনা ঐবু মানা" পেরে মবুক্ তম্মা।
কপ্নি সুজা অহিং সুংথিল্ নিংথৌ মাগী মতুং
উরু সুঙাই নিংথৌ মাদি মবুক্ মাগী তন্ থুং।
ঙাইয়িবনি বানা সুজা মানা কপ্পা মতম্
ঈঙাইথকী চেক্লানা নোংদোল্ ঈয়া ঙাই' মতম।
"লাক্লে মতম ফোঙলগে ইশক্ সুংশি মাই কাদা,
থুরুগে ফিমল্" লেপথি নিংথৌ "নোং'নীমিসিদা।"

উরু কেন্‌বা শিংগারৈনা তদেক্ তিংথৌথক্তা
থুন্‌বগুম্ কাংগাং থুৎপা হাইদোক্ লীক্লা ইন্‌দা

**কাজুরেদা**

নিংথৌনা সনা লৈথোক্ তাকপা

কোন্‌থৎ তম্না হূজা মায়ু চয়ৈ ফিজিন তন্‌লাম্
তৈথোক্‌পিথি মায়থোং মক্লবা পিনা মঙাল্ শাম।
হুংশি চেংলৌ চিংনা য়েং চীন্‌গোইরকই নিংথৌনা—
হিক্লবা থোম্বাংনি, হূজা মাগী নাপ্ল চীক্লা।
"হুংশি নঙবু তাবয়া, তাওনে হুংশি ইপাউথোল,
লাইবক্ থীবা নবুং ঐনি—নোংদম্ মাই নোংদম্‌থোল্,
পিদৎ পাদৎ ঐনি, নৈতে চঙ্‌ফম্ তাইবঙ্‌সিদা,
হিংবনিদো ঐদি চেক্লা মতম্ কায়দোং নাইদ,
নোংমা নোংমই মতম্‌সে 'তুম্ পঙলেল মরেন্‌বা,
অফং অফংবা উশাদা কায়দোং 'তুম্ মওইবা,
থাদোকউ হুংশি তোক্লহ্ নবুং ঐগী বাখল্
তোক্লনি অরেম্বদা কম্ নৈরাং নৈমল্ তন্ চল্।

"নঙদি থঙ্ হুংশি মশক্ মুম্না—য়াইফবীনি,
থক্লা থাদা অমা শাত্ত নদোম্ শাৎপীনি!
পলেম্ পম্বৌ অনীগী নঙদি হুমিথানিদো,
য়াইফকোন্দা পোক্ য়াইফনা চাউরকপী নঙনিদো,
হুঙাইরোই য়াইফরোই কদৌ ঐগী নাক্লা হুংশি,
থমুম্ব কদোনুং ঐগী করিনোংদা নুংশি!
কোইক চৎলু লম্লাল কাই ওক্লোং নিংথৌগী কোন্দা
পামুচো চঙাইনা য়াইফনা য়াইকোন্দুদা!
হুংশি নঙগী য়াইফ উরগা ঈংগনি থম্মোয়,

## লেংজাই ঈচিক্

মখুক্তুংদা—

নঙ্গী অবা' উরগদি চাকনিদো উনগোই!
চৎলু নুংশি থমুগনু নবুং ঐ বাগনি,
বানা পোক্লক্ বানা ছিং 'বাবনা ঐ মকপ্নি!"
থঙদোক্লগে তশেং তশেং মুজা মাগী মবুক্,
তেম্মগে বাফম্ থোথি নিংথৌ তম্মা মবুক্।

লেপ্তুনা লোইরবনি নুজা মাগী নীংব 'মা,
মাথংদগী ভাইজবনি লৈতে হায়নভাইহ'মা।
কপ্পদ থংজৈ ভাঙদে করি শিথৈ মিত্তা পি—
লৈতে অতৎ অথম্ শিহুরি পিগী তুংদা পি।
কাপ্থরি ঈফুৎ গোমুখী তৎপা লৈত ঈশিং
চেহুরি গঙ্গা তৎপা লৈত পুহুনা ঈশিং।
তারি, বাকচৌংগী গোলাপ্নি থাবা উন্থাং চাবা,
ফজমন্বনা অদুম্ ফজজনা মউবা।
কাঁঙগে মবুক্ মনীংজৈ, কাঙ্বদি ঙমজদে,
পুজবম বারে মুজা—মরোল্দি ফংজদে।
কপ্ই মুজা হন্গৎ নিংথৌ মাবু চিংনা তন্ লেং,
চৌন্গোইরকই মতৎ মতৎ কপ্পা কপ্পা মুন্ লেং—
"চৎলম্লগে পাম্মু ননাও ঐদি অশিথেন্দা,
ঙাইরম্লগে মুংশি, বারে বানা ঙাইনচৌংদা!"
থঙলে নিংথৌ তশেং মুজা ওইবী মাগী মবুক্,
থঙলে 'শিম্ লাক্লে মতম্ থুংজরো তন মবুক্

## নিংথৌনা সনা লৌথোক্ত ভাক্পা

লৌক্লা ফুবা থবাল্ মতম্ পিরোয়নবা মায়থোং
চুপথি থোইমু তম্ন সা শমু ঙক্পম্ খুদাং থোং।
ফুজা মাবু চিংনা য়েং থায়কুই ফুংশিনা থোল্—
"ভাওনে ফুংশি নবুং ঐগী তশেংবা ইপাউথোল্,
থঙ্ নৌংলু তশেং ফুংশি নঙ্গী নবুক থোবনি,
লৈরিনা ফুংশি নবুং ঐ কান্নিপী শিরুনি,
থবায়গী থবায়নি নঙদি ইশাগী ইশানি,
সনাই থক্তা তম্ফা থিন্ বাহু পাম্মিয়গনি,
ঐসে থঙ্ ফুংশি 'সিম্‌থৈ নত্তে কদৌ মৌচম্
অরুবা থোরম্মগী সাজিয়বনি মৌচম্.
'চবু ফুংশি, নাকোং অনৌভনা ভাঙদেদো,
কনাম্মগী মফমদা কদৌ হায়দোক্কদেদো!"

"করি হায়বা! চুম্নেদনা চিংনরুকপা নঙবু—"
তন্ লৈথ তথাক্তই য়েংথি ঙক্লা নিংথৌ মাবু।
"ভাকুউ পাম্মু, তশেং নশক্ লোংলিবনা কদৌ,
হায়উ ভাসি ভাম্লিবনা পাজে করি নথৌ,
থঙ্, ঐসে নহাক্তৌনি, নত্তে নশামক্লি,
শিবা চঙ্বা ঐথোয় অনৌমক্তৌ অমত্তনি,
কিহু ভাসি" ভাথি মত্তোল্ ভারক্ থোংগুন্ তম্না—
কুপ্তে মিংসা'নী. হাইথি চজা পাউথুম্ থোরাংনা।
"ভাকনি বাকহু ফুংশি নথংলেল্ ঐই ইশক্,

## নোংজাই ঔচিক্

মঙ্গন্দ্রংবা—

তাখো হান্না পাম্মু নঙবু ঐগী লেঙদ' য়াশক্—
শক্নীবি ঐনা ঙসি কৌ' নোং ম্নংশি নকাদা
ইবুধো নোংখো পুন্শিববু সাক্কী থম্ মাঙ্দা
ম্নংশি নঙনা ইতুং ইন্ তেংবাংলবা ইকাদা
থিজ্ঞোকনি পাম্মু নঙবু লৈমরেল্ খুভম্দা!"

করি পাম্মু মৈতৈ নিংথৌ নঙবু, মাঙলে ঐদি—
চৌংদা ওংবী চৌংজুম থকপী চুপীজানি ঐদি!
মুত্রি কদৌ চরৈ ফিজোল্, তংগ্রি চৌন্দম্ মহাউ,
লোঞ্চং চুংজং মুদবী ননাও ঐনি কৈমফাও।
চৌংদা মান্দা লোক্তা তায়দা চুজা ইনীং তন্ তম্
কোয়না থুংবী ননাও ঐনি য়াখৌ শক্তি মতম্,
চৌংজেপ্ চৌংয়া চৌংথোঙ চৌংমায় চুজা ইনীং তন্ তম্
চাক্তাজবী ননাও ঐনি পোম্বি চেক্লা মতম্
তম্গী কজ লৈয়াংলক্ চক্লোই চৌংয়া পামশরৈ,
লৈনম্ চেন্বী শীঁঙেক্ চঙ্লোই কজে কোঙ্য়াংলৈ,
চম্নু ননাও ঐবু লৈমশীং থুগনি নমায়
য়াক ননাও ঐঙ্গু লৈম্রেল খুভম্ খুনি ইমায়—
থীক্লেম্বনা থা লাম্বা থোক্তনি পাম্মু শোয়রোই,
ওইরোই পাম্মু মপোক্ অসিমদি ওইরোই!

'থীনমকুম্ব তম্লম্বিদ নোংদম্ নঙনা নোংদম্,
লম্খি করি ঐনা সেম্লি ঐবু 'মুক্ থীনা তম্!

নিংথৌনা সনা লীখোঙ্ তাকপা

তমখিত্রবোইদো লাইবক্তা কংউ নোংমক্ত পি,
য়ায়দকো মুক্ত ঐগী লাইবক্ কংলবোইদো পি।"
"করিহৌংগী ঔরুববা পাম্মু নঙবু মিৎনা,
কৎলুববা নঙ্গী কাদা থম্মোয় মাবু ঐনা—
তমখিবনি শড়লে বাও নোংদমথীবী ঐহাক্সি,
কপ্পা কপ্পা লোইয়ু ফুজা ওইবী ঐগী পুন্শি"
সোক্তম্ তম্মা ফমখি তুমিন্—তাবিদে মিত্তা পি,
কংখিবনি থম্মোয় হুক্ তাকুগনি করম্ পি!
ফুজা মানা বাবা উ মথাঙ্গংদা চেৎনা কোল্
ফুংশি-চেংলৌ মুন্ য়েং থাহক্ই নিংথৌ ফুংশিখোল,
"বাক্কম্ব ফুংশি, পাদম্বিনা লাংনা লৈনা পুল্
সেমথরবনি পাম্ নঙগা ঐগসে লৈপুল্।"

"খোঙশামসি ফুংশি ঙসি নোংমা নীনিসিদা
নিংথৌ ঐগী খুভম্ কংলৈ সনাপুঙয়োন্দা!
ইবুধৌ নোংথৌ পুন্শিবগী খোজাল্ ঊবা চা
ফুংশি নঙনা ওয়দা হেল্ সনা তাঙবল্ নাম্ব য়া
পাম্বরসি ফুঙাইনা য়াইফকোহৌ মঙাল্ লাং
শকলুমসি ফুংশি-লৈরেং ইনীং তম্ হেদৌ লাং।
চৎকদবনিদো নংশি পাম্বা শাহল্ তন্ তম্
অয়োন্বা লম্বী নাথুম্পনা তাম্রিফাংবা তম্।
লাঙলমো চেঙজেল, য়েংউ পাজম্ব ওইগদবা,

## নোংজাই ঈচিক্

মক্কচুংদা—

য়াদেদো নুংশি ইশা ইশাসিদি য়াংদবা !
য়েংশল্লো তম্না সনা লুয়েন্না লৈবা কৈদা
থাঙ্গা তাগা সনা খুৎশূ 'লৈনা অয়ুক্ কৈদা !
লাক্পনিদো ঐদি চুংশি সনা ফিমল খুনব'—
শীল্, শীল্ নথংলেল্ ঐই চৈরুক্ খুংননবা।"

"খিক্কচ থোইনা চুংশি পলেম্ পম্বৈনা শাউনি,
তরানিদনি শাউগদবা তরানিদনি।
মৈদিঙ্ পাইথোকপী লৈমনি—নপাউ তন্ ফং
সনা তাঙবল নাম্ব য়া পাল্লি য়াইফনা তন্ থঙ্
কাউনি পলেম্ পম্বৈ 'লৈয়ক্ নঙনা লঙবা পুবা,
চাক্পিনি তন্ চুংশি নঙ্গী নরাল লোইনবা।
'সিদ নস্তে লৈরি 'মৃকুল, লাইবক্ফবী নঙনি,
থক্কা থাদা কনাম্ শাস্ত নদোম্ শাৎপী নঙনি,
পলেম্ পম্বৈ 'লৈগী চুংশি নঙদি চুমিথানি,
মখোয়গীবু মহক্চাংনি থবায়গী থবায়নি,
কয়া কুইনা লৎনবা চেম্জগনি মখোয়না
থবায় য়াওদ' হকচাংনা হিংগবা কয়া কুইনা !
চেলকনি য়েংউ মখোয় চুংশি নঙ্গী কাদা,
চঙলকনি থঙ্ তরানিবু কাত্রিদৈদা !"

নুংশিবনা কাথা মন্ত্র নুংশিবই নাকোংদা
লোইরবনি থুনা লিঙ্ক ওইবা মন্ত্রই জাত্তা।

## নিংথৌনা সনা লীথোং ভাকপা

কংলে দীক্কা হুজা ওইবী চংশিজবা কাদা
পানথি হেক্ক মন্ত্র মাগী বাংলৈ মিকুপ 'মদা।
য়েংশিল্লি ভয়া চেঙজেলগী পোৎলম্ লোয়া থুপ্পা
পুক্কদি থাঙবা পুবদদি য়াং-দাবা লোইনা:—
শা ঙা অকং অয়াক্ দবাই হেঙবাই অচৌ অয়াক্
থুম মোয়োক য়োপ্মি ময়োম্ ময়োম্ পরৈ ভয়া লাক্।
ক্ষৌই চাক্ চংশাদা লোয়া য়োপ্মি ময়োম্ ময়োম্,
য়েংশিল্লি লমজেনফি য়োপ্মি পিক্লা য়াংনা ময়োম।
হায়া থঙলে থঙনা য়েংশিল্লি অমৃকস্ত্র হুপ্পা
নিংথৌ সনা লুয়েল সনা খুৎশূ থাঙ ভা লোইনা।
ভৌরুদে মপাই বাথল, লুপ্পি পাইথোকপগীদ:—
চঙাই মায়া নঙ্গী দীলা চপা চপী 'নীদা!

লোইরে সিদা 'সনা লীথোং ভাকপা' কৌবা 'মঙ্গচুংদা'
হায়বা অনীশুবা সর্গগী ভবকৃত্তবা অধ্যায়।

মোংজাই ঈচিক্

# উত্তরমখণ্ডদা

## অষ্টমস্থবা সর্গ

### কোয়ৌ জুমিৎ তখা

"ইশানৌ কৌরগেকো জুংশি নঙবু ঙসিদি!"
"ইথংলেল হায়না পাউথুম্নগে হৌজিক্কি,"
হেম্মোইনৈজ তন্ জুজা ফজপ্ মিচ্চি থেংগা লোং।
জঙোম্ নিংথৌ কোমি জুজা মাবু থাদা থোং,
তাম্লি চুপ কে মায়খোং থম্বাল্ থোইমু শাহল্ তন্ তম্—
থাঙলি জুজা হাইনা হম্ জুংশিৎ লাংবা থম্বাল্ তম্,
অরৈ থুদিং য়েংলি ফজপ্ ফজপ্ মোমোন্ মোমোন্,
হাম্মি ঈথৌ নিংথৌ কা তৌরি জুজা হৈনা কোন্।
থাঙনি কয়া কুই লৈচুবা লৈনা থোইমু মাই কা!'
চুপ থি নিংথৌ লৈহৌ মনীং তম্ মায়খোং তম্না কা,
"থাম্মোদনা" অহুক্ চুপ্নি পেম্না ওম্না ওম্না—
নোক্কি জুজা অচুপ থুদিং তুমিন্ তুমিন্ লোম্না।
পাম্মু জুংশি 'নীগী লীলা—থঙদে কনাই অয়নো,
জুজাগীরা নিংথৌগীরা থঙদে কনাগীনো!

চৎহল্লোয়সি হন্দক্ শানৌ তৌবো লোইনা থোন্নাং
অপ্না অপুই 'নীনা য়ারেক্ শূবিরৈঙদি লোয়াং।

## কোরৌ হুমিৎ তম্বা

ঙসিমকস্ন য়ারবনিদো 'হুবু চৎকদে,
ঐখোই ঙ'ক্কা য়েংফদে মখোই করি মাঙ্ঘদে।
কোরৌ শিংবুম মরিনিনি মখোয়না লৈদোবা,
হুম্নিগী অহিংদা চৎপা তাই, য়াদে চত্তবা।
কুইরে থাবুম্ মশীং য়াম্লে লৈবাক্ থাদোক্লম্বা,
নথংলেল ঐগী পূক্নিংসে ঙমদ্রেদো লাঙ্দবা।
পোক্লবনি হুংশি ন'ঙনা 'মুক্ হল্, পোক্লবনি,
হিংলক্পনি নখোঙ্গায়া, অতুম্ হিংলিবনি।
পীনৌ চরৈ সনা ফিমল, পীনৌ হুংশি পীনৌ,
থঙলে নঙনা লৈতে সিদা ঐগী কনা শানৌ!
থঙ্ হুংশি পন্থো মতুং পোম্বানিদো থবায়,
ঙল্লে থূনখিগনি ঙমদ্রে খাদোক্লম্মি থবায়।

ইদোম্ পোক্পী ঐনি, মিহির মতুং লাম্লে উপাক্
ভংলে মরী পলেম্ পন্থো, লঙ্কা সনা লৈবাক্,
মগ্নো ভূষণ মূংলে লীক্থাং কাউগুম্ ক্ষমাবতী
কুপথি মিহিরগী হুংশি লাংনা নোংদমথীবী—
কাউরবনি মরাম্চস্থ মাস্থ মদোমপোক্পী
তাক্ক পাইখোম্বগী হুংশিলাংদা লাইবকচাউবী
হুরো লুরেল্ পাম্মু মতুং তারো পোইবৈ লমদম
করুবনি পন্থো খোঙজিল মপাম হুংশিলমদম।
"চৎসি হায়বা হুমিত্তা চৎপা হেক্ক য়ারনি,

## মোংজাই ঈচিক্

মক্ষচংদা

চেঙজেল্ তয়বনি লম্জেল্ ফিস্র য়াওরবনি—
সনা নুরেল্ থাঙ্গা তাগা সনা খুৎশু অনী
মফম্ থঙ্না থঙ্না য়াৎ তন্ লোইনা থম্লবনি।
কৎলবনি নঙ্গী কাদা পূক্নীং হক্চাং থবায়,
'চৎলম্নি পোইটৈ ইন্" থুম্খৈ তন "লৈরিমথৈ থবায়।"

"করে 'তুদি হুংশি চঠাইবে, নঙ্গী খোজাম্নি,
নিংথৌ ঐবু কোক্চৌ ইপাই লম্মদ্ তম্লবনি।
পাম্লুরসি চৎসি কংলৈ সনা পুঁঙয়োন্দা
য়ায়ো নাম্প হুংশি নঙনা সনা তাঙবলথক্তা।
ওইবো চৎসি তন্ কংলৈ সনাপুংগী মবেম্মা,
ওইরিসিগুম্ নঙনা ঐগী থবায়গী মবেম্মা!
ঙসি কৌ' নোংগা হয়েংগা—হুমিৎ নীদী অসি
পাম্ অচুক্ কুম্লমখিগে শুরমখিগে লৌ হুংশি,
ওম্মথৈ পাংলমখিগে মতেং লৈরিবৈঙসিদা
লোইহৌসন্থ অরাবা কোঙ্গায় থবক্তী লমদা!
খোঙশাম্নসি শোয়দম্না হংচিৎ কৌবা নোং অসি
চৎলে ঐহাক য়াংগোইরম্, থুম নীংখিনা হুংশি!"
হন্থ্রে খোঙদোই নিংথৌ চুজা কাদা চীদোইরম্ 'থুম,
য়েংহৌই হুজা নিংথৌ মাবু উরিমথৈ 'থুম।

উনা উনা অস্থম্ হব্ উখিত্রে নিংথৌ অচুম্—
উওম্ তৌরি মিত্তা য়েংই হুজা লবী অচুম্।

কাঙুমদা

## কোয়ৌ হুমিৎ তথা

য়েংনা য়েংনা লথী অহুম্ শিহুরি মিত্তা পি—
চরৈ ফিজিল্ লাম্ তৈথোক্চৈ, শিহৈ 'হুবু 'হুম্ পি।
কপ্ ফম্ থোক্কে হৌজিক্লক্তি নিংথৌ মহাকীদি,
নোকপুম্ তোবা তাই মনুক্লীং কপ্লিসিনদি!
চীংলৈমনা হুজা মাগী কপ্পা তাকুবরা
নত্রে হুজা মানা চীংলৈমগী কপ্লিবরা,
নহিলক্তরে 'নী কায়নয়নি কপ্ মিয়বরা!
অমদি ওইবা তাই—ওইদনিঙাইবু ওইবরা!
হুজা ওইবী মহকচাং চীংলৈমগী লৈয়ৌক্লি,
হুংদা চেন্বা ঈ হুজাগী মহাকী ঈরৌক্লি
হাপ্লিবনি থবায় হুজাদা মাগী হুংশিৎনা,
পীনবনি মপাংগল মাগী মহৈ মরোংনা।

য়েংলুই চীং, মাল, লোক, তায়—
তায়দো কপ্ কুম্ চীংলৈমনা—
লোইবি চীংমী লৈয়ৌক্
লোইবি লোকী ঈয়ৌক্
সেমনি অনী তিল্
ইমোম্ নঙবু ইমানা!

চীং লম্গী হুংশিৎনা
ইমাগী শোয়না

## লোংজাই ঈচিক্

মঙ্গহুংদা—

ঙাপ্পনি নথবায়
    ইমোম নঙ্গী ইমানা !

নমা ঐগী থখা
লোইবি হৈথা পোখা—
ঐই ঈহৈ ইরোংনা
    য়োক্লক্পনি ইমানা!

''চক্ত মচৎলগেরা
ঙংদ ঙংশিদ্রবরা
লাংলেন নঙনা ইমাবু''
    কপ্কুম্ তৌই চৗংলৈমা।

তাঙুম্ তৌই তশেংনা,
উঙুম্ তৌই শংশংনা
ঙজা মিত্তা লৈমবু—
চাবি 'ঙনা চৈয়ে'মা।

হৌবি 'ঙনা মিত্তা পি,
শিঙ্খরিয়ে তম্না পি
ঈহৌরিয়ে তম্বু
থাথোং লাইথোং অনীমা।

কাজুন্দা

## কোয়ৌ হুমিং তখা

তৈথোকচৈদো কদৌনি,
খক্তে, শিহুৈ 'ভুম্মা পি।
ইভেল্ ভিচাউ লাকৃপবু
খংথক্ করম্ খকবা!

ভুজা ওইবী মপোক্তা
নোংমা কোবা নোংফম্‌দা
চাও মতমবা শাপস্থ
চায়োই করম্ ভুজা মা!

য়েংলুই শীঁভেল নৈরাং
কপ্ কুম্ তোই মথোয় থিবিক্
"চক্ত মচংলগেরা
ইথোয়নৌ নঙবু,
কাউদ মকাক্টরগেরা
নপিজা 'খোয়বু!"
"লাংমিয়খিসি লোইখি চীংমায় ইথোয়নৌ,
সামিয়খিসি হয়াউ জগোই থেক্লা নৌ—
চংখিগম্ভ ইতায়োয়,
তাম্খিগম্ভ ইতায়োয়"
খাম্‌গুম্ তায়দো ভুজা মাবু
শীঁভেল নৈয়াং খিবিক্সা মতায়োয়।

## নোংজাই ঈচিক্

মক্ষুংদা—

শিঙ্হি 'হুনা হুজা মাই মিত্তা পি,
থক্কে তৈভংথোকচৈ থক্কে শিঙ্হি 'হুম্না পি।

য়েংলুই পোম্বি চেক্লা
    কপ্‌কুম্ তোই 'হুম্ মথোয়সু।
"চক্ত মচৎলগেরা
তাম্দ মতাম্ব্রগেরা
থোয়নৌ নঙবু ইতারোয়
হুংশি নঙবু শাম্রোয়!"
"লাংমিয়থিসি লোইবি চৌংগী চৌংগোল্
কোয়মিয়থিসি লোক্তী বাকোল্ উকোল্
তলা পামেল্ মরুম্ লাং
কোরো হুংশা তলা থাঙ
চামিয়থিসি হৈরাং
শক্সিমিয়থিসি শৈরাং—
চৎথিগনু হুংশিরোয়
তাম্থিগনু চায়রোয়
থাম্ঙুম্ তায়দো হুজা মাবু
পোম্বি চেক্লা পুথনা শাম্রোয়।
শিঙ্হি 'হুনা হুজা মাই মিত্তা পি,
থক্কে তৈভথোক্চৈ শিঙ্হি 'হুম্না পি।
থোংলি য়েম্বী য়েমাউ,

## কোরৌ তুমিং তখা

কাম্রি ওকপী ওক্লাউ
চাকহন্‌বিনি কনানা,
চেঙহন্‌বিনি কনানা—
থঙদে বারৌরিবয়া
নত্রে তেংথারিবরা !
থলুই তুজা মথোই দমক্
শোকৃথি থমোই মাগ্নী তন্মক্।
শিছৈ 'তুনা তুজা মাই মিস্তা পি
থক্তে তৈথোকৃচৈ শিছৈ 'তুম্মা পি।

শিৎকুম তৌরি তুংশিং তেংথা নাউওই,
চেন্‌গুম্ তৌরি ঔরোক্ তেংথা নাউওই—
কম্রি গুসি মরাম্ দম্
তুজা মাগ্নী মপাম্ দম্,
শিছৈ 'তুনা তুজা মাই মিস্তা পি,
থক্তে তৈথোকৃচৈ শিছৈ 'তুম্মা পি।
পুল্লি মৌবু পোক্লম
তুংশি-পরৈ চেৎনা থা
তুবুম্ থুদিং দাক্লা চিং।
চৎনৈ 'তুনা মবাম্ দম্
মপাম্ দম্‌দম্ কম্মা থা
নিডোলশিংনা য়েংলম্ চিং।

# নোংজাই ঈচিক্

মঙ্কুংদা—

শিংহু 'তুনা তুজা মাই মিত্তা পি
থক্তে তৈথোকৃচৈ শিংহু 'তুম্বা পি।

লোইবে সিদা 'কোরৌ তুমিৎ তম্বা' কৌবা 'উত্তরমঙ্কদা'
হায়বা অহুম্ তবা সর্গশী অহান্বা অধ্যায়।

# অষ্টম্সুবা সর্গ

## অনীশুবা অধ্যায়

### লৈমনিংথৌ অনীনা খোঙশাম্বা

য়ৌরে তথা চুমিং। অথেবা অহিং তাংলৌনি।
ছুম্থল্ হন্থি থুঙ্গা লোইনা চিক্লবা পুঙ্গোয়নি।
উরে নিংথৌ য়ারে হৌক্তিক্তি তম্না খোঙ্শান্ব'-
"হৌগৎলো ইশানৌ, চারে মতম্ খোঙ্দোই হন্বা"
চৌনগোই চৌনগোই য়েংশিন্না লোইনা পোৎলম্ খুদিংমা—
চেঙ্জেল্ লম্জেল্ ফিনা সারে তন্না পোৎয়োম্ অমা।
মশাই খুৎশু তা কোইরৌ থাঙ চাশিন্ চাশিন্ পোত্তা
"য়ারে ইশানৌ পুথোয়কপা হৌক্তিক্তি 'সিদা
দনা লুরেল্ সনা খুৎশু থাঙ্ তা লোইনবা—
য়াদবনি থঙ্ চংশি মতম্ ঙাইয়ু হায়বা"
তাই তন্ মতোল্। লেঙ্দ 'হুবু, মুজা লেপ্ই উহিং
নীংসিংলু পলেম্ তাই পি, ফারি থম্মোয় শোক্লা তৌং।
লেম্নক্পনি খোৎনা নোনা চুজা মায়ু লাইনা—
থম্মোয় মানি চংশিচাউবী, কুপ্লোই করি মানা!

মপাই কাংথক তন্কা লাম্নকই লু হাম্না টাবু—
থাথি থংথা লৈচিম্মা, কুপথি টাবু তম্নবু।

মঙ্গমুংদা—

থুক্খি ঙক্না হুজা থম্মোয় "হিঃ করি মতৌনো!"
তনিক্ তনিক্ মহক্চাং য়েংখি "সিদি কৈদেনো!"
উখিগুম্ ক্ষমাবতীনা মপাই বায়োশকম্
'হুইঙে ঈপাক্ ঈরাল্লম্দাই, উখি মপাই শকম্
বায়োনা য়েংবা মঙোম্দা তন্ লৈচিল্লকুদা—
হৌখি মিৎলু ফিরাং, শিহুখি পি মিৎস্নানীদা।
চন্দ্রচূড় নিংথৌনা সনা মিৎলু ঈরা চেল্
"চৎল্লো পীরম্বোই 'মুক্ ইপানা অপন্‌বা লাংলেল্,
কাউহু 'হুবু নমা নপা তন্ কাউ মাগী মতং
ইল্লিবা মাগী মথুন্তা ঙসি নঙনা মতুং
শোয়জদবা নিজো লাইদা" তাক্থিগুম্ বায়োনা,
তাখি হুজা তাকুম'মা মপম্না পুক্লোনা।

"থঙ্ লাংলেল্, লুসে লোবা ঙবা লৈতে কনা,
হুন্নি মক্ক কনামত্ত শঙলিডৈদা ঐনা!
লোয়ো 'হুবু পীরবনি থুংজয়ো নবুক্লীং
নীংঙমহৌদনবা থুংখিদে ইচাই মবুক্লীং!
ওইরম্মো কনা লান'মা লোইরবনি মপুন্‌শি
ফাংলৈ মিকুপ্সিমক্তা ইপাই তাসিদা ঙসি!
ইপাগীদি লোইরবনি, মাঙলবনি লোইনা—
থল্ই 'হুবু লোইরে হুঙাইরগা ইমোম্ নঙনা!
বাদবা ঙম্দে লাংলেল্. 'হুবু 'মতং ইপানা নতং

## লৈমনিংথৌ অনৌনা খোঙশানবা

ইপাবু তম্না মীরায়ক নিংথৌ মাগী মতুং
লেপ্লে নঙনা ইল্লগে হৈনা মাগী মতুং,
কাউহ্ন 'দুবু ইল্লিবা মাগী খুত্তা নঙনো তুং,
শোয়জদবা নিজো লাইদা—কর্ম্ম চায়দো বর্ম্ম,
তাকুম্ তৌথি শক্তম্—লুইদো থঙবা মশক্ ধর্ম্ম।

তাক চান্নগোই মপাউ শক্লোল মাগী লুশঙলিবা
পান্থি থম্মোয় মুজাগী চৈনা'নীনা হক্লবা—
"করিম্ভংগী চুংশিক থংলেল্ মাবু ঐসিনা
লঙ্লরবা পম্বোকা লাইবক্চাউবী ঐহাক্লা—
ওঃ তৌহিদকো চুজা ওইনা পোক্পা!" তাথি পি,
উগুম্ তৌথি শংশংনা মপাবু—তাথি হেন্না পি।
নৌংসিংলু এন্ 'মুক্ বায়োনা থাখিবা মপাউখোল
থুকথি করি থোক্লগবা নোংদম্ মাই নোংদম্খোল্
"নোংদম্ থীরু তায়ো খোঙ্না চৎনা মংথিরুবা
অপ্পা অপুই অনৌনা ওঃ করি ওইহৌগবা!
'সরা মীগী পুন্‌শি, চুজা ওইনা পোক্পা পুন্‌শি,
পোক্লকপোইদো চুজা ঐসে ওঃ পাপ্পা চেঙ্‌প শী!"
ঊরাল্লক্লে 'হুবু ইরেল্, হন্বদি বায়নি,
ডম্লে ঙম্লো চাংজো কাদবদি মাত্রবনি।

পুথোয়ক্লে হান্না টাবু মথং মথং থাঙ্ তা,
খিলে লোইনা মাঙদা—পিদি চহুম্ চহুম্ মিত্তা।

## লোংজাই ঈচিক্

মঙ্কছুংদা—

ঙাঙ্দে য়াগী মচেৎ 'মত্ত, লেপ্পি তুম্মিন্ মাঙদা,
উগুম্ ভৌম্মি মপাই শঙ্কম্ শিহ্রিবা পিদা।
লাইবক্ থীবী নচা ঐনি লঙলপ্লেদো পম্বৌ,
মম্খিবমা হুংশি মতুং—চৎলে নচা লু লৌ।
পীনৌ থৌজাল্ নিম্মি অঙ্গা নঙ্গী নথোঙ্থাদা
শিংবা ওম্বা নঙ্গী লম্মল্ নোংমা কৌবা নোংদা"
নিম্মি হুজা পম্বৌ কাদা—মিৎলুদদি পিয়াং,
কপ্পে ক্লিম্মি তানি মীনা ফাম্মি থম্মোয় ইক্ থাঙ্।
ফাওম্মি মিত্তা ভম্মা অমুক পলেম্ মমাই শঙ্কম্,
ফাঙম্খিদে হুজা মথম্মোয়, কপ্খি অহিক্ ভম্।
শিংলম্রেক্কো বায়োগঙ্ক পলেম্ থোম্নাং মমল্,
নীংলি হুযু, থঙদে করি ভম্মি, শিংনি লম্মল্!

হাংদোক্কে টাবু, লৌথোক্কে মপল্ সনা লুয়েল্
লাউখি থম্মোয় থুক্, ফাখি নিংথৌ, উবদা লুয়েল্।
চৈয় ফিনা নাহোং ভন্ পা য়োম্নে লুয়েল্চেৎনা,
পোথৎ পোথৎ চৌনুগোইয়কুই মশানৌদা ভম্মা
"পোয়ো ইশানৌ চেজেল্ লম্জেল্ ফিসিনা নঙনা,
কোয়য়ো ঐগী থুংশূ থাঙ ভা 'নীসিঙ্গ নঙনা!
কোম্নগে ঐনা সনা থুংশূ থাঙ্ ভা 'নীসি,
হয়ো হুংশি থোঙ্দোই থায়ো মাঙ্দা থোঙশায়সি!
পম্বোংলোম্দদি য়ায়য়োই মিশেল্ লৈয়ম্লনি,

## লৈমনিংথৌ অনীমা খোঙশান্‌বা

মিকুপ্‌ নাহম্‌ শিংউ মুংশি য়ায়বা ভেল্‌ চাগনি !
মন্‌ সানা সানা লোক্‌চৌল্‌ অসিফাওদ চৎখিসি,
লোকচপ্পুংদা ভাবগা লম্বী কোয়া থম্মসি।
"ঐ 'বুধৌ নোংদা লাইরেল্‌ পাথংবা, লম্‌জিংবিসি,
মুৎহৈল্লদেদো, মুৎকদেদো নঙ্গী ঐ, চান্‌বিসি !

"চৎলে অপ্পা বারৌগম্ব খোয়জি কিশি কিম্ব
মৈদিঙু পাইখোম্বনা লাক্‌চখিদ থম্মম্ব !
নঙ্গী চেঙ্‌মল্‌ নঙ্গী খোজাল্‌ শিংলখিনি নোংমা,
পাখি শাস্তে বাজবদো থজনি ঐ অমা !
মভাংনা য়াখিদবনা ভৌয়মে নঙোন্দা
লৌনম্‌ নম্‌থাক্‌ কয়া, লঙলে থঙনা নঙ্গী কাদা।
থঙি মৈহোগনি অম্মা নঙনা থম্মুবদা,
ভাঙ্‌জ ফিরুক্‌ খুমি নমায়বশিংগী মাঙদা।
মভম্‌ থয়দংদগীনি 'হুমু থঙু অম্মা,
ভয়ানি ফারোই কোকনি নঙ্গী নমায় খুবা !
নমোয়া সনা ভাঙবল্‌ নাম্ব য়া—নঙ্গী হুমিথা,
নিংথৌ ঐনা ভন সা অম্মা নঙ্গী পাখি চাদা
থম্মনি অম্মা "পোক্‌চমল্‌ মহৈ য়ালে ঐসি"
চৎলে অম্মা নচা—বারৌগম্ব লঙ্‌লে ঙসি !"

"চৎসি ইশানৌ, মিশেল উনি, লোক্‌চপ্‌ লোম্বুংদা,
খেলগী মপ। য়োৗয়গা ভাক্সি অমুক খোঙলম্‌দা !

# নোংজাই ঈচিক্

মঞ্চুংদা—

শম্ খোঙফম্ য়েংনা থাউ ত্তিমেন্ তাদোল্ শোনা শো,
শোথাক্ লাংথাক্ য়েংউ মুম্না নেৎলু লাক্লুনি শো!
লোকচপসিদ লাল্লবা হিংলে থঙ, ইশানৌ,
খিত্তং হাইদোকপদা তাবা য়ানি য়াংদৌ!
য়াংদৌদবু তাথরবা কোয়্লনি খোঙদোইবা,
ইচুংনা শোয়ম্রিদৈঙে ঙক্ষৌনি মরাম লাম্হৌকপা!
মরামদ লানথরবা কোক্লে অবা শেংথাং'মা,
খোঙফমসিগী থুদোং থীদ থীবা শরুক্ অমা!
বাগম্ব ইশানৌ লমজিংবিনি ইবুধৌনা
মায়গৈ কারল্ মতম্ ওই কোন্‌বিরিবা চুংশিনা!"
চীন্:গাই চীনগোই মশানৌদা হল্লি খোঙদোই নিংথৌ,
তৌদ্রিথোম্না গুমগুম্ শজি গুম্মি তন্ মশানৌ।

নোংপোক্‌নিংথৌ পাম্হৌইবীনা চেনগুম্ অক্টৈঙে
অরা' কোবা নীংসিংদ লাক্রিকাও থাবা লম্‌দৈশ—
পাম্বা শারম্ তন্ থৈ শজিনা চেনগুম্ হমা হল্
লোইবি নূজাগরক্তা মৃৎহেল্লোসম্ব মতা খোঙ্গুল্
চেল্লি লৈমনিংথৌ অনৌ নোংজা পুঙ্গোয়চুম্পা
তুবৎ তুবৎ লম্বী শম্ মরাম্ চীংদ লাম্লবা।
খিদে বাবা য়েংই লম্ মীনা পঙচৎ চত্তবা,
তাম্লক্লো কবিরুং কনানা থাজরোইদোবা
"রাকচু চুংশি অহিংসিদ লাম্হেল্লোসিকো লমদৈশ,

## লৈবাক্নিংথৌ অনীনা খোঙশানবা

পোথাসিকো মতাং চানা পোথানীংবা মথৈ"
চীঙ্গোই নিংথৌ হেক্ হেক্ খোঙ্ফম্ খুদিং—মাই চীঙ্খানি।
"য়াদে ঐদি পাম্মু কিরিবদি নঙ্গীদনি—
চীংস্নুংচানি মনাও ঐদি—অদুম্মক্ লাক্নবা"
খুম্মি লৈমা হেক্ হেক্ "থাঙ্‌, পাম্মু তন্ অয়াবা!"

অয়ুক্ লোকুম্মি সুংথিল্ লৌরাংই--শূই কম্না লৌ,
কোয়ৌনা য়াচঙ্ তম্ লাক্নবদা মোংজা তাংলৌ
তর্বা চীন্দা তম্ পোথাই ঙহাক চীন্‌বাল্ কাঙমৈ খু,
খুনা খুনা সোল্লি " খুল্লাক্‌পি, ইচা'নীন্তবু!"
মামা থন্‌বা হায়বদবু মচা 'নীদগীনি,
নারম্ য়েক্নম্‌গদরা ইচা অনী 'সিদনি।
চেক্লি নুংথোক্লবা থম্মোইস্নুং প্রেমগী ঈরোম্না,
চাজরম্বা ঈফম্মি মমোম্না মদোম্‌দমা।
লাইকু'মনা মাল্ল, শক্ অমা ঙম্না মম্‌খিবা
চানক মাগা চহী মতাংদসু পাইখোম্বা
পীথি ঈথাই খুল্লাক্‌পনা নিংথৌ মাগী কাদা
থল্ লাক্নবনি মচানা 'মুক্ হল্ মাই নাক্কা।
কাউথি নীংসিংথিদে মীচাপোক্লি কয়িস্নুংদা,
পীনরে থন্‌খি লাইনা শিজৌ মচাগী তম্‌দা।

থবক্ য়ানা শূ খুল্লাক্‌পা চোক্নবনি মউ,
চাক্কবু চামে তারবনি হেক্ক ফম্‌দা তু।

# নোংজাই ঈচিক্

মকছুংদা—

নীংসিং নীংসিং মচা'নী তুথখয়ে শগাইদা,
তুথবগা তুমগা মাংমৈ অচুম্ তুম্থুল্ তা।
মবুঙ্গগা লুম্ৰৈজ থবঙ্গগা শূইদো বানা
তুম্ৰৈজ নোংশোয়বা হেক্ হেক্ মবুক্ কোয়া লৈতানা
চোইদে কদো মঙ্ হা, মঙ্দে কত্ত মঙ্লাল্ 'মত্ত,
কায়দে তুম্থুল্ মাগী কদো নোংমা কৌবা নোংদা।
ইঙ্গংনা শোয়রৈ হেবা কাকী লান্বাউনা লাক্তৈ
থোক্চৈ মিকপ হেক্ হেক্ শীঙ্গে নোংমই থোঙ্ফম্, চঙ্গে।
নোংজাঙ্গদি 'ঙবু লৈমনিংথৌনীনা চেন্বা
ত্তৌখি মত্তৌ অমা নোংমতবু ত্তৌখিদবা।
থোক্খি মিকপ্ খংথোক্ ফম্খি ফুক্ হোগৎ থুনাক্পা
হুংশা খীখি লাক্পী, হংখি তহ্লং "কৈনো লাক্পা!"

লাইগী লাইহই কৌবা শাগৈদা পোক্পনি লাক্পা,
চৎলি 'হুনা লাইনীং পম্বিং অমা নীংখিজবা,
পম্বিংহুনা থঙৈজ মুম্বা "কনামো মশাই" ঐ,
শেজি মাবু কনানা পুনশি চুম্বা নাক্কা লৈ"
মীশেল্ মাগী থৌজাম্বা ফংই মাদি হেক্ হেক্ পাউ,
নোংজু নোংশা লোইনবা— তাইদো মমি মিত্তফাও।
ফংদে পাউথুম্ থুনাক্পীগী হুংশা থৌবা বাহং—
য়েংই তম্বা মাদি উন্মি—মিংকী মথৌ তন্ শঙ্
মঙাল্গী মকোয় অমা কাওরি মাগী মিথক্কা

## লৈমনিংথৌ অনীনা খোঙশানবা

উরি শঙ্গমা নীংথিবা মঙাল্ মকোয়চুংদা,
শঙ্গম্হনা উৎলি মীকোক্ অনীথক্ মঙোন্দা,
তিমেন্ তাবাক্ থুস্তা খোং খোচকয়বা চীথাঙদা।
থঙ্‌লে মীশক্, নম্ভে কনা, মপারি মঝোম্রি,
মপোয় 'নীবু থাদোক্লম্ থঙ্‌লে খোঙশান্নবনি।

শোক্থি মথংখায় চাক্থি থুন্নাক্পা শাউগে তৌথি,
শাউবদি শাউথিদে—ৱারৌথি, মবুক্ হুংশিথি।
পাম্বা কৈমা মচা লাক্ই, তোক্পা মায় হুমঙায়,
হায়রুগনি কয়ম্ 'হবু মপাপুম্বা সিম্ঙায়।
নুঙায়রক্কা চেন্বা ঈরোক্ নুঙায়মক্কা তন্ হৌ
থক্ই ঈকংথা চুপথি ঈশিং নুঙায় লোইনা হৌ।
চাংউরো ঈখোঙ্ থাঁঙি লিরি চুপ্লে চুপ্না নুংনা
থক্কে ঈচেল্ ঈকংথানি ইপাল্ শোল্লে শোম্না।
থুন্নাক্পগী নুংথোক্লবা থম্মোয়-নুংথোঙ তন্ হাং
ঈচেল্লিবা মচাই প্রেম্-ঈচেল্ থম্মোয়-নুঙায় লাং
চাউরু ঈখোঙ থক্থিদে চুপ্লে চুপ্না হুংশাউ-নুংনা,
থাম্থি লিরি লিরি-ইপাল্ শোল্লে অহুম্ শোম্না।
মুখবঙুম্ মৈতাম্না তউ তউ লাইজ থিক্লোল্ চা
মুথথি মাই মৈথোক্পা থম্মোয় প্রেম্গী ঈরা চা।

কমামিহিয় অনীনা তরাই তরাই থাদোক্লম্
উরু ঈপাক্থক্কা লৈরম্বা তানুগে তারতলম্

## লোংজাই ঈচিক্

মঞ্চচুংদা—

সনা লঙ্কাই মবুঙো চন্দ্রচুড় নিংথৌনা
"কদোকনি ঐনা মথোয়বু কাজিল্লুতুনা
থঙ্লবা অসিদা তুংশিন্রে ঐবু মথোয়না"
তুংশিখি মবুক্ থিলুদগুম্ বারৌখিবনা—
"পারি ইমোম্ অনীনা নিজো থয়ুম্ মকাদা
লাংদবা মৈশা নথোয়'নীগী পুন্শিথোঙফম্দা
চাক্লিবা মৈসিগী ঙসি নপল্ ঐগী তুংদা"
থঙহোদনা খোক্থিগুম্ পম্বো মাগী চীনুংগোইদা
মপারিনি লাইনা থাবা কোঙ্গয়রুপা লুনা
মদোম্ শাৎপী মনোম্নিদি য়োকচরুপা চান্না—
উরু মথোই মত্তৌ বারৌখিবোই সোন্থি লাকপা
"থঙনি নোংমা নথোয় নপল ঐনা কয়া চাক্পা।"

লোইরে সিদা 'লৈমনিংথৌ অনীনা খোঙশানবা' কোবা
উত্তরমঞ্চদা' হায়বা অহম্ভবা সর্গগী অনীভবা অধ্যায়।

# অহম্সুবা সর্গ

## অহম্শুবা অধ্যায়

### য়াংলৌ লম্খাঙদা

শোয়গ্রি ইচুং, লাকে লৈমনিংথৌ মবাম্ লমথৈ,
"লাক্লোসি চৌংশত্তংগ।" তাকৈ ' তাংলৌ মমিৎকে।"
বাবা খিদ কাহে চৌংমায় মহে।নুবা লম্বীদা—
পায়মে চৌংখাক, উবে কোয়ৌ শিন্মোই সনা লোক্তা
কমথে লৈমা, পেৎখাই থৌহু নুংপাক্ 'মগী থক্তা,
য়েংই চিংনা সনহোকী নীংখিবা ইচুংদা।
নৌংসিংলক্পি তমা পহৌগী মাকোল থেমোংলাং,
চৌংথেলৈমা ওক্কম্ চুজা মানা হেক্ হেক্ লাং।
য়েংখি লৈনা উখি পম্হৌ মকাই—তাখি তন্ পি,
উখি পিদা মপল্—মিৎলুদফি বাহৌবা পি।
থুক্খি মথমোয়, তাগুম্ তৌখি মপাগী চৌজোই—
"খঙ্নি নোংমা নপল্ ঐনা কয়া চাক্পা নথোয়!
লাউখি খাই, থুক্খি লোইমবয়া ঐবু ঙসিনা,
উমহোইদয়া ইপাম্ লমদম্ অমুক্ মিৎসিনা!"

নৌংসিংখি পজেম্—উখি চুজা পং পং মখিত্তা,
মহোম্ শাৎপী মথোম্ মাগী কাহনতৈচাক্ পুহেম

## লোংজাই ঈচিক্

মঙ্কহুংবা—

লৈখোজই কেলবা লৈরাং মতম্ ওলি লৈদা,
চাগি মীচৈ মবুক্ হুংশিরবা পম্বো কাদা।
কাঙমৃখিদে থম্মোয়, কপথি নুংপাক্থক্তা তন্ তা—
কেলি শিংগাংরৈ লীক্লানা পুম্চোৎ লৈমায়থক্তা।
লৈমগী অৱাবা উ তাখি নিংথৌ মিস্তা পি—
চরৈ ফিজি তন্ লাম্ তৈতথোক্ তৈতথোক্ লৈমগী পি,
চীনুগোইথি হুংশিনা "কপ্নি হুংশি কয়ি অসুক্,
নোংমনীনিদগীনি উয়গনি তম্না 'মুক্,
হাইহুম্ হাইথরসি, থেঙ্লনি, ঈরোক্মা মেংসি,
অয়াও' থর চীন্দা তম্ ঙাক্তু্ম্ পোখাকনি,
তুম্গা তুমত্রে, হুংশিংকা থোক্লে অহিং চুপ্পা লাং
ওমে থঙ্ হুংশি নঙবু মরাক্ কৱা লৈরাং!"

"চৎলে অম্পা, চৎলে অপুই, চৎলে ইপাম্ লম্দম্,
পাম্বু মাগী মচুং চৎলে নমোম পোইরৈ লম্দম্!
লঙ্বদ লঙ্লম্মে, শিংলম্দমে নখোই চম্মল্—
কমদ থংহোৎমো নমোম্ ঐবু পোক্নমল্।
লেপ্নি 'হুবু হুংদদি শিংলগে নোংমা কৌ' নোং
তাঙখিবিক্ পুন্‌শিসিদা লোইনা তম্না তন্ কোং!
নোংদম্ খীক কেলবা নমোম্ ঐনা কংলৈদা
মীঁখেদ্ মতম্ শিংগাংরৈ পুম্দি ইছুং লামৃঙমেদ
চৎলবা তোমা তোম্না হুংশিবোম নখোই লম্মল্।"

## মাধবী অনুবাংবা

শীংঙেল্ অকেন্, লৈবাং ভিজা ভায়বা পোক্চরল্—
মীংথিগছ কাউথোক্কসি ঙাকেনবীনি নমোয়্,
থোজাল্ লন্থবিয়—মানিদো নথোয়দি থোইগোয়্,
শিংজবা মথং লাঙোয়দা ঙাথোয়বী ঙাম্মল্"
হন্থি হজা কপ্পা থোঙ্দোই মপাম য়েং হন্না হল্।

হাইথরে চৌওথাঙ্ য়ানে থোঙ্লম্ ঈরে ক্ লমদাং য়েং,
ফংলে ঈরোক্, ওয়ে চৌদম্ থম ঈক শান্দেং।
পোথাহনে নিংথৌ লৈম্ মাপ্ হিপ্ফম্বা সেম্,
পোথাজরি দময়ন্তী নল্না পোথ ফম্ সেম্।
শ্রীবৎসনা শেন্থুম্ চিন্তা উইনা উই ঈচিক্ থেম্
শেন্নি থিংথৌ লৈমবু থবেং থবেং তুম্থুল থেম্।
ওয়ারে লৈমা তুম্থুল্ হঙাইনা বাংলৈ মিকপ্মা—
য়ারে নিংথৌ উবে মান্নীঙ্লোবা থোঙ্ফম্ অমা।
"চৎলো চৎসি ইশানৌ য়াঙ্গৈসি থোঙ্ফম্বা
য়াচঙ্গিটৈ কোয়োনা য়েংহৌনি মফম অমা,
কায়' লৈতে, অবা' ঙাক্লি পম্বনা 'লিদা,
য়েৌবিয়ৈথ্ কৈনো থুনা কংলৈ সনাপুঙ্ম্মা।"
চৌন্গোই চৌন্গোই সেমসারে নিংথৌ—হৌরক্লে লৈমা
হনে থোঙ্দোই ওন্না য়াক্লোনবা থোঙফম্ অমা।

থুম্বল থক ওয়ে য়াচঙ্, হনে চৌপী নয়েংল্,
য়েংনবক্কে পোথি চেক্লা, তাক্লোয়বা মকোল্,

## লোংজ্রাই ঈচিক্

মপুংহংবা—

য়েংলি লৈমনিংথৌ 'নীস্ত "কৈদা পন্‌বা ঙসি!"
ঈপান্ নকুপা থেন্নি 'মদা লেপ্লবে' "পল্লসি।"
লাংলে ইপান্ ভয়ে চৌন্দা অয়াও পোৎলম্ থম,
থংগোল্ ঈচিক্ থেম লৈতাম্না হোরে সিংশা থম।
সেম্লে ভয়া হিপ্‌কম অমা চৌনুগোই চৌনুগোই লৈমা
"তুম্লকরে পাম্বু নঙবু ঙমোংদই মিচুপ্'মা,
ভাবো তুম্‌থুল্ মিকপ্ 'মচং তুম্লে ঐদি ঙমাই,
শন্দে কিম্ব কবিমক্ত ননাও খুৎশূ তা পায়।"
উক থমোয় মশানৌগী পেনুখি মথুক্ নিংথৌ,
কাউখি লোইনা অয়াপুবা মিচুপ'মদা পাথৌ।
কোনুখি চেজেং হুংশি মায়ু, চুপ্‌খি ঙমা থজাই—
অঙকপনি প্রেমগী লীলা—শকুন্তলদো ভয়াই।

মালি চৌংশাং লোমা থুপ্পা লৈমনিংথৌ অনী
নাথৈ নাথৈ থোঙলম্ খিখিক্ কিক মীথেংননি।
থোক্কি লায়না থঁঙ নিংথৌ পাখা শাথেংনবা,
লুনি ঙমা মাগী খাদা নম্ব মীথেংনবা—
লুপামুঙাক্কি চৌংশাং পূথা থায়োঃই মাবু ভয়াই,
লুগী থঙদে শক্তী থঙদে লৈমা মাইম ছুম্ভাম।
য়েংই হেক্ হেক্ কৈদা লৈ পাম্ ভাম্লিদৌ থুনুবম্,
নক্লে য়েংই কৈদা ভাবা—মালি ইমা থোক্কম্।
ভগি চৌংথাঙ থঙদে চৌংশাং বায়ে বানা অমুক্,

মাংনৌ লম্বুথাঙমা

তমুথৈ লোকো থওদে তাবনা ওয়ে ওয়া অমুক্;
নোয়ো হাপুংমা কম্রিছুং থুকুই তমা "কৈনো!"
ওয়ো মুংনাউ অমা কদো থংই হেক "কৈনো!"
মাওহৈদবা পোৎলম্পা মথানৌগা তন্ মাও
কিনাইদবা পাথৌ থথোর চুংথি মতু থ্যাউ থ্যাউ।

বাঘে বাঘো অমুক্ তুংথিল্ পোথাবমা অহিং!
অহিংদনা হেম্বুর্ হেলি, শিবনি হিংনা হিং—
ওংই পাথা কৈনা মক্লা—তাম তমা শায়াক্থোল্,
নিক্ই থথোর চৌংমায় তুংইন্ শম্ হকচাং তন্ থোল।
থেক্ই লোকো লাংগোই রাপদ্ থকপ্ মাপী তন্ কোই
নিক্ই লোইনা চৌংশাং মাপোম, থুকই তুংইন্ থথোর।
চৎলৈ অমুক্ লৌয়াউবিনা তবিৎ তবিৎ নাকো,
নোক্লই থেকই অমুক্ তমা চৌংমায়দা লোম্মায়দা।
কিক্ তমা থথোর মানা কম্রি থোক্লগবা
চিংলো থক্ থক্ তুম্রিংবনা থওদে তুথা কৌবা।
লৈত্তে থওদে পোথা কৌবা—বানা ওাই নোং থোয়বা
থুক্লা থথোর তনিক্ তনিক্ অহিং তাংনৌ চুম্মা।
লানুথি অহুম লৈমনিংথৌ চৌংমী পলোল্ পলোল,
চেক্লা মতম্ কামদোং তন্ লেম্ তাক তাক' চৌদোল্।

কাবে চৌংয়াং থোংই শদৌ থোথোং থোথোং থুদিং,
চৎলে চৌংলেপ চাবদো থুথি থোকম্ থোকম থুদিং,

# লোংজাই ঈচিক্

'মুক্তংবা—

কুম্রে চীংমায় থঙবে লাপোম্, শোয়বো খুনাম্ খুদিং,
কায়দো কোকচাউবি খাইডন্ লাউ খোঙফম্ থাক খুদিং।
ঈথো 'লাংলে ফংবে ঈশিং কংই চরম্ ঙক্, ঙক্,
চাবে মচিৎ তুশি থবেৎ ফংদে পোথা ডন্ থক্।
চোক্থয়ক্পি অম্ মোংমনোং মখে নথি হক্চাং
বাখিবনা 'অম্ হেজিঙক্ চীংকুপ্পি খোঙ্গাং।
সিন্নসিনি লৈরি 'সিদা পুক্লিং থুকপা অমা,
"লাঙ্গবদা অময়ক্ বানা খোক্লো শোয়বা অমা।"
লাইবক্ মানা লম্জিংলবা লৈতে কয়ি চোয় চাং,
বাবে বানা লৈমনিংথো, লাবথি লৈত শোয় ঙাম্।
বানা বানা 'অম্ 'অম্ লাঙক্ লোইবি চীংশাং চীংশাং
কোয়ো শীংবুম কয়াই তুংদা য়োথি লোইপাল্ চীংশাং।

উথি নিংথো চীংয়াং থক্কই পোইমৈ সনা লৈবাক্
"লৈবে মাঙদা য়েংউ ফংদি" লৈমই খুজেং তাপ্ লাক্
তাক্পি ডয়া মশানৌদা'—তাথি মিত্তা ডন্পি,
হাংথি ঈয়োক্ খোঙ্গ নুংখোঙ্, ডমথি ডয়া ঈয়ী।
কানক্ময় থাবুম কয়া পলেম নঙ্গী খোগল,
লাক্লে নচা ঙসি মোংদি চচ্চয়নি খোগল্!
চাংজো 'চেপ্পা শমু খুবাং খুকউ লৈদা ডন্ তা
ডেংথাজথি ক্রয়া নিংথো—পিদি চহুম মিত্তা,
"হংশিনী ইমা কংলৈপুং পলেম্, ঐই অপোকপি,

খৌবান্বিহ্ মচা ঐবু পলেম্ খৌজাগৈবী,
শিংবা ওবা পলেম্ নদী মচানা ছংশিরল্
পীনবিহ্ পীনহৈবি চাবা পোক্চরল্,
কোওয়াং চৈথ্না থাগুর থাবি ইমা লৈদা
খুরমজবি মচা ঐনা নখোও খুরাখাদা!"

মেংথি লৈমা পোইরৈ লমদম্, হোংঙমখিদে মিৎকয়্—
মানি মাদি ফজ-পায়োল্ হোংনি কয়ম মিৎকম্!
মেংজওম থবায় ভানা মীনা মপাই মপক্
মেংলি মায় মিৎমা থুমা। নীংসিংলুবোই মপক্।
উরি লোইবি পরোল—মুৎলি নোংফাইনকা,
হিপ্নি পংবান লৈমায় থক-খা—ভাবি পাংথ লেংথ।
ছম্নি নামি লিবি লিবি পংবান্ লৈকোম ভন্ থুং,
জগোইজবি হৈপাল্ লৈপাল্ মায়ৈগ খুদিং ভন্ থুং।
হেরি শংবান হাকোল্ নাকোল ইশং ইশং ইশং
মংলি তরু' উমং বামং ইমং ইমং ইমং।
চেরি তুরেল্, পুপা ঈরী; পয়েং পয়েং পয়েং
হেরি তু খোং, পুপা ঈকোল, চিপক চিপক ভন্ লেং।
ভঙাংনবি বাভোল্ উভোল্ কোমৌ মপেক ভন্ লাং,
কাউবি, মুনি, অবাপুবা ছজা ওইবী লৈমাং।
ভাখি তম্পাক্ লৈমনিংথৌ লিজবাই খোজবাগা—
খাথি খোলাই মপাবিনা লোইপাল্ চীং-কোমরৌ

## লোংজাই ঈচিক্

মণিকৃংদো—

কৌন্থিবা মকমহুদা লোলাইথাবা চুংনা,
কাউরেন্ যণগা মতমক্তা নাখল্ লোল্ কোয়ৌনা।
কোক্লে অৱা' খেংথাজেদি, লৈরি 'হুৱু অমা,
নিংথৌ ওইবা মকাদদি পঙ্গাউদ পঙ্গাউ 'মং।
সনা ঈচীল্ ওংবলিংগী লৈদো শোয়বা অমা,
মশা মশাগীদ য়েংবা ভর্থি' শাজং অমা—
হাৎলৈ হেক্ত মচীমনাও থুডমগী দমক্ত,
ভুরৈ লোইনা শাগৈ নাত্তৈ হুংশিনদে 'মক্ত—
"ভুম্লে ভুম্জৌ ইচীন ইনাও থডদে শাগৈ নাৈন
ফংলো ফরে" থরৈ "থুডম, ফমি ঐদি ফরে।"
থড্লু মুমা 'সিমা নিংথৌ থুমীংথি পাউ থিক্তং,
"থিহোগে" লেপথি "মতম লৈতৈ মশক্ নাইব'মক্তং।"

ৱাদি ৱারে থঁডি হুংশি, তাইথো 'হুৱু ওহাক,
ভাহথিসি থুজিল্কাওদং—পোন্নাউ 'হুগা নহাক।
থিগে ঐহাক্ লৈকমক্তং, পোথাকসি থুজক্,
কুইরে লম্বাং মাডাযকপা, ভাবক্তবা মীযক্—
লেমে ওসি অহিংসিদং মৌমনি চয়েংদি,
কংলনিদো সনা কোক্লং মাচঙ্ মতমদদি--
চৎলু চৎসি হুংশি নঙবু ঊরে আদা থুজিল্।
থুমি ঊমিবলে নঙনা মুশিনবা লৈচিল্"
থৌজি নিংথৌ মশালোম্ব থেয়া থেম্ হুংশিনা

## মাংদো লম্বুখাঙদা

কিক হান্থিনি মখনা থীজৌ ভন্ খোঙ্ফমা।
মরাক্ কথা লৈরাং মতম্ ছুজা মায়খোং তন্ লাং
লৈখোক লাইবা শীংজেল মতম্ খোঙকম্ চীং ফুক্ তন্ থাং
চমি খোংদোই ছজা লৈবাং থংজেল্ মাঙদা তন্ থা—
উক নিংথৌ লৈমই বাবা পোক্থি বাবা কংদা।

কংলে থুজিন্ লৈমনিংথৌ—পোথাঙবে লৈমা,
চঙ্লে নিংথৌ থুমক্, উরে অহল্ ওইবী অমা,
"হায়উ ভ'দি পলেম্ মান্বি নচা ঐগী কাদা
লৈকায়না কনানা লাক্লিবা মকাইনা কৈদা,
মকেঙ্ থাংগাল মচানি ঐ, লাক্পনি নিংথৌ-পল্,
ম'রেক্থিগে ভৌবনিদো চমি লাক্পইদা প'ল্"
চীজোইরকই ছজা কাদা মপাউ ফংশিনা পা।
য়েংথোরক্থি ছুজা উথি নিংথৌ মায়ু মাঙদা।
উক থোরাংনা লেমবা এরোই-ভরোই মিত্তা
লোনথি ছজা মথোয় ছুমিন্ "এ হুংশিনরেম!"
"লাউ 'সিদনি লাউ. চঙ্লকউ পানি মান্বা নত্তে,
কবি মাখেম্বগে লাউ ইমা লৈমিদবু"
ওক্থি ভয়াম্ নিংথৌ মায়ু, পুশিন্থি মকাইরা—
ভম্থি বাখোল্ পুমা লোইনা, শিরুথি লাক্পদা।

"কবি হায়বা ইচা নত্তো, মকেঙ্ থাংগাল্ মচা!"
"মানি হোয়দা ইপা লাক্পা ঐহাক্ থাংগাল্ মচা—

মকচংবা—

মায়েকৃথিগে ওলি লোংখং লাক্লপনি নকায়ইদা,
ইতালোয়গা ঐগঘনি—লৈহৌরি খুজিন্দা।"
চিংনথি লাক্পা মবুন্নীং মাটৈ নিংথৌ মথোল্,
মেংই মুমা হমা হমা তোম্বই থোংঙ খোঙবই তোল।
"লাক্পি নংঘু ভাবিব্রা চৎনু মুক খুজিন্দা
ইচাসিপী মাওবি হায় মো, লোক্ মুক 'সিদা।"
"লেমি কথি ইচানিপা লাউ 'সিদা কম্বো লাউ,
মান্নেদ কথিনো 'সিদে! বারবিদি পোথাউ!"
ভাথি লাক্পা মিতা পি, চৌন্গোইমকই ঙমা
"নত্তে কদো নঙ চীঙ মচা, মায়োই নখা মঙো!"
থোক্থি থুক্লপ্ নিংথৌকাদা, থন্থি "কমি তোবা!
মায়োইদৌবিবমা ঐবো চেংলো ইশক্ লোৎপা।"

"কোয়ৌ কুন্দো মথিনিদো ইপানা উম্বিবা।
নিংথৌয়োমা অহাঁয়দো ইপানা থঙলিবা—
কয়া বিত্রা শঙলোক্পনি ইপানা পায়খবা,
চৗবু ভধু 'মত্ত লৈত্তে ইপানা থঙদবা।
ফিজোল্ নদী নত্তে থঁজি থাংগাদ চৌংগী ফিওং,
চেংলো নদী মত্তে উইদো থাংগাদ্ চৌংগী শক্ওং,
থোটৈ থোন্দা ভশিনিদো থঁজি ইপা লোইনা,
শক্ত শক্তা চৌংগী নত্তে উইয়ো ইপা শেংনা—
নত্রি অসিদহ্ থঙ্ নঙসে নত্তে জৈচম্

হংশিখিবা ইনিংথৌগী মাজি মৌনা শত্রম্;
ভাকুট কিয় পাখি মানুবা চেংলো নশক্ লেংনী,
থোঙ্গোই নঙী কৰি মাঙবা শৰীখি ইপানা—
চীনুগোই চীনুগোঁই য়েংই লাকপা শংত্রিক্ নিংথৌ মাবু,
হায়উ ঊপেং নত্তবমা পাখি ম'নুবা নত্তবু!"

'ভাকে বাহ পহো মানুবা লৈপি 'হবু তুগিন্,
নাকোং থনী স্বকদেলো, মাদে নাইবা মংিন্!
য়েংজো ইপা কনাই মাজি লেঙশিল্লিবা থাঙ্ তা'
খিনুখি নিংথৌ সনা খুংনা খুংস্ব 'নীদা।
''থোকুট কিখি কিখি' কিহ্ব কিশিনবনি ঐনা,
ঙলোই ভমদা কুমবর্দা উখিপনি মীনা,
নয়োম্ 'মস্ত ইপা লাঁকপা লোনুবা মাদে থঙ্,
লোকং 'মস্ত কাউহ্ব ইপা চংপা মাদে হৈহ্।"
উখি লাকপা সনাই কোহাং, সনাই হিয়িং পাইবা,
খখি সনা খুংশূমজি লুগা কোমকুবা
হংশিখিবা মনিংথৌগী তুটৈ মমাম্ লাঙ্গা—
হোখি তোৱৈনা মমম খিবিক্ হাংলৈ মিকুপ্ 'মদা;
য়েংখি ভমা লুমী লৈমা—মিংলুপখি খিবাং;
খখি নিংথৌ, মিনুখি পোংয়োম্—চীজোকলখি শিবাং।"

লোক লৈমা লাকখি লাকপী ভাজো অসিমক্ষা—
"চঙ্লকট লাউ ইমোম্ মাদ্রখি হংপোইকহ্ব 'সিদা।"

মকক্তুংদা—

ওক্থি লাক্পা ভবাব্ ভবাম্ লৈবা মাবু ভম্না।
"লাঁও, লাক্পি মথেল্ লুকোয় নোংখিজনা নডনা,
ভম্না মাদে ভবা চান্দম্ হায়উ পেমমুনা—
লেম্গে ঐনা হিপকম্ চাকম্ ইচা 'নীপী থুনা"
চানুগোই চানুগোই থাখি লাক্পা মপু'মা থুনমক্
কোক্কনবা মপা মভোন্ লোমাংখিবা ভনমক্।
পেংলে পংগোম লুনা হেয়া থাদে ভম্না কক্লেন,
পেয়ে খুদা নোংখিজনা, থাদে চটে ফিরেন্।
পুখোক্কে লোইনা ভাবুদই লশিংকি চখোংকি
ভাংখুল লৈক্কম পুকম্ খোমীকি মখিংমোইমাংকি—
থাদে খুদা নোংখিজনা লাক্পা মথুৎমক্কা
পেংখানবা লৈমনিংথৌ থবায় হকচাং ফুনা।

"হুডাইবে লেপে ইপা ঐ, তোমবনি লমন,
ইবুঙোনা কুবিরবা শিংনি তন্ চংশিনম্!"
"কুবিনি পোয়বোই, বাবিকম লনা পুরীংদা,
নাইত্রি খোইনা ইনিদ্ তসিফা লনা কোহুংদা!
লৈবাক্ পুখা মেংলি খোমাং ইনিংথৌগী লমী—
কোথমক্কি মাদে উম্না থুমনিজো উনখি!
লমা মাথং লৈরবাদি ইনুগে থক্তি থৌগল্
ইপা ইচা ঐখোয় অহম্ তবা তদে তন্ থল!"
"কোংবা মাদে থক্তি ঐদি কোহুং চক্রিপাওদি,

মাংদৌ লম্বুখাঙ্গা

করি খোক্‌ই ইপা লাকপ্পা নকী রাখন্দি!"
"চুমিবনি মনা পুক্নীং, মনা কোম্‌হং চঙবাও
লোং' ভাবনি মনা মায়খোং পুক্নীংনা নে ভা'ফাও!"
"তোঙসি 'ছুদি অচুমক্" খাধি নিংথৌ রাখং।
লাখি মপাম্মচা 'হম্বক্ মনা রাখং ভন্ ফং।

লোইরে সিদা 'মাংদৌ লম্বুখাঙদা' কৌবা 'উত্তরকন্দা'
হায়বা অহুম্‌শুবা মগী অহুম্‌শুবা অধ্যায়।

---

# অহুমশুবা সর্গ

## মরিশুবা অধ্যায়

### সনা কোমুং চঙবা

শোয়রে ইঙ্গং, হৌরে লাক্পা, শায়রে ফজ্ চৌংথৈ,
তম্লে য়েন্থোং, চোংলে কল্লে—থল্লে থম্মা চৌংথৈ।
"লাঁইঙ্ শোয়নি লাক্লি নঙো চৌনশুপ শাঙ্গোং থোয়াং,
ইপাখিপা নমোয়়ঃনীনা মঙ্গং'মীপী শঙলাং!
মথেল্ পুকোয় নীংখিজমা লাঁইঙ্ পেম্মা নঙনা,
ময়ম্ মনা ময়াং কায়না তরা চৌন্দম্ চেঙনা!
তুমিন্ তুমিন্ তোনৌ নখৌ, চেপ্পা কায়নি থঙ্
হায়রুবা ইনিংথৌনি. নৈমা মানি কাউহ!
তুখিরেয়ি নিংখৌ মাদি হেন্দে লাক্পা কম্বাল্
খোজাম্বনা তুখি মাপী শাৎলি সনাই থথাল—
পুঙমেদো ক্ষয়ু মঙাল—চৰি শাৎগদ্ অমা,
খোজামখিয়ো তেশিয়বা চৰি তম্ ইয়াং 'মা।
ওইরখনি অহুনা ইঙন্, লাঁইঙ্ খিগে ঐয়,,
শোয়বা হাদে কীনথি লাক্পা "নথোয় নথোয়গীয়!"

ইঙং ইচিক্ থঙনৈ হাঙাই থঙ্গে 'হুযু হাঙাই,
লাংদু কোয়ৌ নৈপা থজি মাচঙ্ ইচিক্ হাঙাই

## সনা কোয়ং চত্তবা

শায়রে শায়রকপদি সনা লীকয়্থক্তা,
পশোৎ মানবা ক্লিয়ুম কয়া শান্না শম্না তন্ থা।
পোথারে পোথারকপনি ক্যারস্মী মোম্পাকথক্তা,
তঃমে ছুমখুল্ তারকপনি কক্ষং যোরাংথক্তা,
পোকপ্ সনা ঈচাদ্ তন্ ওং, ওইক সনা লীকথাং
লোয়কপনি বাংগোল্ পুনশি হুন্তাইবদ তন্ লাং।
লীংসিংথিদে 'ছয়ু নিংথৌ হুন্তাইথিবা পুবা
থোক্‌থি য়াইক মভাংবদা অবা শকথক্ত্রবা।
কংনু পোথা লাকপই কাইদা সমা পুক্লীং লৈতা
ছুংওইনয়ম্ অয়া' পম্বেং থন্থি ত্মা হুংবা
"থোক্থিদয়ি পুন্শিসিদা ওসিগ্নক হুন্তাইবা",
পেনথি লেপ্‌থি সেমগে লাকপা ছুবি পাইছুথোবা।

হৈরে চেত্না চাংদুম্ সনা, থিংমে যেকম্ কাংথিল্,
সনা কোনুমাই দুপা কোনবাই হমে মাঙদা তন্ নিল্।
লাংবৈথ্ মপোপ্ লৈশং লৈশেং কারে লৈরম্ তবেৎ,
তাউজিং হৈরাং মনয়াইবা থেমে হৈরম্ তবেৎ,
চরৈ নমথাং সনা কোকথোন্ মতম্ চাবা কিজোল্
চয়শিংনা থাজো লাবা লোইথি চাংগী কিযোল।
তাইরেমা পুংবাইনা লেংলে মাশংনা লাপুমা
হিদেল্ তবেৎকী ঈশিং থিক ঈথোং তবেৎ নাক্তা।
ইযাক্তথি থোওনামলবাই ছুবি মাখু অয়ুম্

মকচংবা—

"তেশিন্‌বিনি নপোং কাওদ নতেকয়দা অহুম্!"
শাচৌ তম্না মনা থবান্ লাক্‌পা নশাইগোন্দা,
পেরে নিংথৌ ঐহাক্ ঙসি ইদাই নঙী কাদা"
তন্ হুবিরম্ থোঙ্‌দোইনবি লৈমনিংথৌ 'নীমক,
ইন্‌থি লোইমা মনা থৌগন্ মপামচা অহৈক।

তম্নে কোমৌ নোংচুপ চীংয়াং—তাবি জয় জয়,
শাম্নি তুংইন্ মশেক্ মঙাল্ অহুম্ থয় থয়।
শান্নে শান্না তঙাং তঙাং হেজি বাতোল্ উতেঃন,
তাবি লৈদা মাচঙ্ মমি, লাংজি হৈকোল্ লৈকোল্।
তাঙ্‌ব মহুম্ চীংয়া তম্‌য়া মাইমূমবি মম্‌চাপ্—
য়েংলি কুহৈ মবুক্ তানা মুশি মুশি চীংমাল।
হান্নি থংগোল্ লিবি লিবি, থজি মাচঙ্ হমাই—
হরাঙ হরাঙ উন্‌থি পুন্নীং পোখানবি কোদায়।
লেম্নি ছুমিন্ তাঙাসিদা নিংথৌপোকপী লৈমা
য়েংলি পিজি চহুম্ চহুম্—নাইতোম্ পাইবা চেক্‌'মা—
য়েংই অহুম্ হুঙ মিংবা মিংথৌ কাঙ্গল্ লান্‌থাও,
হোজি লান্না লোম মপী, য়েংলি 'হুম্ উন্নথাও।
তাদবাদে কয়থিবিক্ মিংমা 'নীদা মবি—
শিহৈ পিদ চহুম্ চহুম্, হোংকে মিংকম্, কমি।

মুথয়কথি কোমৌ মঙাল্ থয় থয় অহুম্,
মম্‌শিঙকথি কোমৌ থংগোল্ তুংইন্ তুংইন্ অহুম্,

## কাছুরেলা

সমা কোম্বুং চওবা

হৌথি পাইবা পোখী চেক্লা ময়াম্ ময়াম্ নোং খোন্
ভুম্বা ভুম্বা শঙ্গু শঙ্গু তম্না তম্না মকোন্।
পাইরি উয়োক্ তাক পান্তা পরেং পরেং 'বাং পাং,
লাল্লি চৌংলোন্ মুৎলি খোজুল্ লৈচিন্নক্লা তন্ মাও—
তাল্লি শঙ্গ, উয়োক্ অম্না খোংলি হেক্ হেক্ তন্ বাক্,
ন্তিন্থি 'স্বম্ উনা লৈচিন্নক্ খোংনা খোংনা 'হুম্ বাক্
উক্ত চেক্লা মাবু থওদে কাখিবয়া নৈচাক্
উন্নী মতম্ উকা শেৎপা তাখি লৈদা পদাক্।
"ইমাইবুঙো পাইভুখোবা, ইমাই নিংথেম পিশক্।"
তিনথি তেংথা য়াচও মালং তিন্গুম্ হান্নিই তম্মক্
সেন্নম্বা পলেম খম্মোয় ঘিথাতানা কয়ম
মালংনবা মীওইবনা থওনুগনি কয়ম!

তাক চৌংদা তেন্‌বা শঙ্গ, পাইথয়ক্লি থা পাং
লোইবা নাইদে পঙ্কেং পরেং নোংদোন্ খেৎনা তন্ বাং।
লাক্লি ভুংদা মচিৎ মচিৎ ভুম্বা থওদে মদোম্,
খোন্নি অম্না মমীং পুরখোম্, পাইরি তেৎ তেৎ মদোম্
"লাক্‌থিগন্না ইমাইবুঙো" কল্লি "অস্নম্ 'মুক্কং,"
"উয়খিদ্রা ইমিৎসিনা ইচাই মমায় 'মুক্কং!"
সোয়া সোয়া মিৎন্না 'নৌদা শিহরিয়ে তন্ পি—
লৈতে অতং অথম্, শিহৈ লেস্তে থক্ মিৎকী পি।
থওহৌদনা তাকাসিদা খোংদৈ হেবা ফাক্ 'মা—

## লোংজাই ঔচিক্

মঙ্কচুংদা—

য়াইফপাউদয়ি থঙনবা চুংশিকাক্থোং অমা।
হয়িংথোই'মম্ব ভংলবি তন্ লৈমই নাম্পদা—
"কয়ি পাউবু ওইরিগবা!" থন্থি লৈমা চুংদা।
নিথি নোংদা পাথংবদা "পীনৌ পীনহৈবা,
মাংদৌ খোঙফম্ মুংথয়বা নদাইয়েম্ পাইথোবা।"

লাক্থি ভাঙ্গা অসিমঙ্গা থোগপ্ ফৈদা অমা,
"ঙাইয়ি সনা মাথং" হঙ্খৈ " 'মাং খোঙ্ফম্ অমা!"
ইঙ্গিৎ তন্ ফং, খুকউ লৈ ডা, হঙ্খলকই তন্ থোঙ্
পজি শম্ মীকোক্ মঙা নদাই ঐথোই খোঙ্
চুংশিথিবা ইনিংথৌগী শঙলাকপনি 'মনা,
শঙলাকপা মাগী মচানি মীকোক্ অনীমনা।
মাওয়ি হেথা পাথং অমা—লৈতে ফজ মপা,
চহুমম্ব নীংথিজবী লৈরোই ডাঙ্নি মপা।
হঙ্খলকই নদাই লাক্পা পনা খুমাথাদা,
মাওয়ি খুদোল্ পোংলম্ অনী, পন্বা মাদে খোঙ্দা।
তাক লৈমা খোঙ্গী মপাউ লাউথি থমোয় তন্ চুং,
"লাক্লবয়া ইমাইবুচো!" থন্থি তন্ থমোয়চুং।
"কদায় থোঙ্ তপ্ মাদে, চেল্লু, পুয়কউ খুনমক্।
উনীংবনা লোইখবনি" তাক্পিথি তমমক্।

কংলে তয়া লৈমই মাথং—চঙ্বা তাবে কোম্বুং,
থাবে মাঙো লাকপা তা থোং খুযম্ লাই থমোয়চুং।

## মনা কোমুং চঙবা

ইমে তুংদা মচা অনী থোৗগল্ তা খুত্তা থোং,
লেঙ্লি মায়দা লৈমগা মিংথোৗনা নুংগেল্ নম্ থোং।
খরি লাক্পা চৎনা চৎনা "করি করম্ খোঙবা"
লৈয়থো কনা য়েক্রবা, করি করম্ কন্‌বা!"
"করে চঙ্লগে কংদা হান্ মনা নুদা পাউ থোং,
থীনগে মাইথুং হেক্ক হান্" লেপথি "ইথুং তন্ থোং।"
তম্নে লোইনা মনা কংলা—কনা লৈ থোঙহোংউ,
মনা নুংগেল্ লেঙলক্লেহায়, থীন্' মাদে পুংথীম্—
লীক্লাই ইথুঙো নিংথোৗরেল মৈদিঙু পাইথোবা
মনা থোঙলেঙলক্লে" তাজো "মাইফমেল্ মাইফবা"
লাউনা লাউনা থীন্‌থি লাক্পা মাইথুং মথুংমক্লা,
ওম্'থৈ হোৗনা পুংথোল্ মঙা—হোৗথি লোয়শঙ্ লোইনা।

"হিং কমিনো, হয়েল্ লামা! মতম্বক্তি চাদে,
পুংথোৗমক্ মঙাদনি, 'ধ্রুব তদা ওমদে'
মুদোমকথি লালোই থিবিক্ লালগী কিজোল্ তম্ হোং,
তম্নকথি তন্ মনা কংলঃ তিমেন্ তাবাক্ থুং থোং।
'তপথবিসি পাথোৗ থিবিক্, লাকে কনা হয়েল্—
হুংশিথিবা ইনিংথোৗমী লেঙশিন্‌বনি নুংগেল্!
নিংথোৗ মনা থোঙলেঙ্লক্লে—হেনি মনা তাঙ্বল,
থম্‌সি থুংলাই, থুমথিসি চৈম মনা ফিমল্"
লৈবাক্ মাঙদা তমা চোংথোক্ লাউথি তোয়না লাক্পা।

## লোংজাই ঈচিক্

মরুলুংবা—

"কদায় নিংথৌ মপক্ উগে" লাউখি লালোই পুখা
চেয়া চেয়া ভাজাসিদা লাকখি নিংথৌ পোকপী
লেপখি তন কংলাই খোঙজিল্ লাং লাউখি নিংথেম্ পোক্পী
"ইনিংথৌগী হুংশিখিবা লেংশিনবগি ফিমল্,
ভহাবিন্থু লৈবাক্ পুখা লাক্কে কনা হয়েন্!"

হয়াউনরে লৈবাক্ পুখা, শক্লে কৈ লোইনা হৌ,
থুরমরে সনা ফিমল্, ভয়মুক্ মনিংথৌ।
ফুঙাইনরে লৈবাক্ নিংথৌ। লৌরে নিংথৌ বিদায়—
লাক্লে নিংথৌ শেন্বা শোয়শঙ্—ভয়ে সনা সজায়।
চঙ্লে খোঁগল্ নিংথৌনাইনা নিংথৌ সনা খোঁগল্,
লৈমনাইনা চঙলে ভয়া লৈমই থম্মিন খোঁগল।
পোথা ফংদে লৈমনিংথৌ মশা মশামক্তি—
নেদি ভারে, লৈভাজরে উনখি পুক্লীং'থৈদি।
য়াওদে কনা মিংফম্মক্ত ঈহৌদবা পিয়াং,
লৈতে কনা মায়থোংমক্ত মফবা অর।' লাং।
য়েংলে কপ্পি নিংথৌ মাবু শিরুয়বা মানি,
থম্বাই নিংথৌ হুংশিখিবা কপ্পি বাখি' মানি।
কপ্পি মীদি নোংজু হুংশা—কপ্পনা মশিন্নি,
শাবা ঈংবা অতুক্ পি'লৌদা থায়বা সিদমি।

শোয়রে ইমুং, মৈরে চাইবুং কংলা পুজোয় চানা,
নিংথৌ মনা খোঙলেঙলক্লে তিরে লৈবাক্ লোইনা।

## শনা কোঙ্গুং চঙবা

হেন্নে নিংথৌ শনা ভাঙথদ্ মতম্-কুইনই ভুংদা,
নিংথৌ চৎৰে শনা ফিমদ্ লেঙথোক্লে কংলাদা।
হয়াঙনবে লৈবাক্ পুম্বা শক্লে থৈজে লোইনা হৌ,
থুরম্নবে শনা ফিমল্ ভরমুক্ কপ্পা লাউ।
"চন্‌বা ভাবে নুংগোইবিদা নিংথৌ শনা ফিমল,
য়াইফজবে ঐথোয় লৈবাক, কোক্লে য়াইথি নোংমল।
লীক্লাই ইবুঙো নিংথৌরেল্, য়াইফরো ইনিংথৌ,
পেন্নে লোইবে লৈবাক ঐথোয়' ল্যাউথি লোইনা ভন্ হৌ।
য়েংলে থাবাল্, য়াইফকোয়ৌ য়াইফপুঙ্গোয় ভম্না,
লাঙলে থৌরাং নুংগোইবিগী অমাইরেবশিংনা।
থুরম্নে য়ুম্জাউ লাইরেম্মা, লাম্নিংথৌ নোংলাবা—
লোইশিন্নে নীংথিজনা নোংমদ্ থৌরম্ অপুম্বা।

লোইরে শিদা 'শনা কোঙ্গুং চঙবা' কৌবা 'উত্তরমহ্মদা' হায়বা
অহম্ভবা শর্গগী মরিভবা অধ্যায়।

---

# অহুম্শুবা সর্গ

## মঙাশুবা অধ্যায়

## মৈতৈ লৈমা ইঙাগী

নোংমল্ থোরম্ লোই, বাশক থুং, মেংলে নিংথৌ লখী—
য়ারম্নগে মহাকথক লৈবাককী য়াইফ-লখী।
কোরৌ মাশুম্ মঙাল্ চাউনা শেন্নে সনা লৈবাক,
থাজ মাশুম্ ঈংনা কোন্নে, ঈংনা লৈবাক।
"চারে মতম্ ফজাল্ তোংবা" বাহৌরকৃখি নোংথোন,
"লামগনি লৈবাক্ ঐথোঃ—থীরে" তাখি মতোল।
"চৎলে ফজাল্ লাল্, খোল্লে লোই, খুন্নে সনা ফিমন—
লৈগে খোইনা পম্বনিঙাই" পাংখি তমা পুথন—
"লৈরি গসিদা পনুব'মতুং" লাউখি ফমথোঁশিংনা,
"তমৃত্রি লৈমা তুইদ্ ঈনিংথোগী ইঙোশিংনা,
লৈত্রেন খুতম্ খিল্লোক্তি তৈ তোংনি কয়ম্ ফজাল্,
মেংবিখিসি লৈত্রোন কনা শাংলু তথা থজাল!"
নৌংলিংনখি পাচা লোয়শঙ্ লৈত্রোন তন্ মেংনবা,
য়াখিমথৈ খুৎলৈ থুনা, ফজাল্ ঙন্ তোংনবা।

থম্ নিংথৌ মতাং চারে লৈমই বাহৌলোকপা
চীনুগোইরকৃখি চীংনা লেমা বাহৈনা হুংশিবা।

মৈতৈ লৈমা ইভাৱৈ

"ভাবিথিসি 'মুক্ত লৈবাক্, নিংথৌ ঐই ইপাউখোল,
লীজখিগে থোক্থি' পুৰা নোদম্ মাই নোংদমথোল্।
থাঙ্লুৱবা ঐনি শদল, মাঙ্লুৱবা লুনি,
ফুজা 'মনা মশাই লু থা তন্না কল্লক্পনি।
পীনধক্ই চঙ্কম্ ঐগী মপল্ মকাইমক্তা,
চংলক্পনি প্ৰেম্গী সেবা অৱাবই থোঙ্কম্দা।
সনা ফিমল্ খুল্লিবা, হিংনা হল্লিবা,
ফুজা মাগী থৌজান্নি খঙ্বিনি লোইনবা।
ইপল্ নিংথৌনা চাৱিবা মচা পোক্চৱম্মল্
মচা ঐনা কোক্চৱিবা ঐবু পোক্পিৱম্মল্,
লৈবাক্তী কোল্লিবা হায়ুক্ নিংথৌ ঐই ইহাক্থং
থোক্পনি লোইনা খঙ্বিনি ফুজা মাই মহাক্থং।"

ভোল্লবনি ইপল্ নিংথৌ ফুজা মাগী লম্মল্,
ভোল্লবনি সনা ইহৌ ফুজা মাগী লম্মল্
ভোল্লবনি সনা লৈবাক্ ফুজা মাগী লম্মল্,
ভোল্লবনি নিংথৌ ঐহাক্ ফুজা মাগী লম্মল্।
'সিম্ম 'সিনি লৈবাক্ পুৰা লৈথি 'সিদা অমা—
সনা ফিমল্ মতং নিংথৌ ঐগী ৱাশক্ অমা,
পীবো নঙনা সনা ফিমল্ পীনি লৈত্ৰেল্ খুভম্,
অক্থি ৱাশক্ ফুজা কাদা ইবুধৌ সাক্ষী থম্।
অসিমম্ম নীংসিংবিনি ফুজা মাগী লম্দা

# লোংজাই ঈচিক্

মকহংদা—

লঙ্‌লবীনি মহাক্ অসে পম্বো মপাই কাদা,
য়োল্লবীনি মহাক্ অসে পলেম্ মমাই কাদা,
লাল্লবীনি মহাক্ অসে মপাম্ লম্গী কাদা,
চল্লবীনি ফত্ত' শীংদা নিংথৌ ঐই ইত্তংলাং,
কল্লবীনি মপাম্ থোঙজীল্ হুজা ওইবী লৈরাং!

তম্থিবনি হুজা লৈরাং শাৎনু সনা থবাল্!
হুজা মাগী মরারবক্তা লাংউ সনা ফবাল্।
য়াথি নাম্ম সনা ভাঙবল্ ভোংটৈ কংলা ফবাল্
হেন্থি তম্মা লৈত্রেল্ খুত্তম্—শাৎথি লাইবক্ থবাল্।
চৌংদা ওংই কদোকনি, চন্থি শীং মৈত্রেমা,
ঙান্থি কংলৈ সনাপুংদা লৈবাক্তী মবেম্মা।

চেক্লো মীনা শুণ
কাজৈ তম্মা 'হুম্
অবাংবা খুত্তম্
কদোদে শাৎকম্।

পাউথোক্পবা কবি মোং চৌংদা ওংই উথবাল্,
লোক্তা ওংই কবিহুং মৈলৈ লৈম্মা নোংজুম্পাল,
লৈনাং ওংই কবিচং শীঁঙেল্ লৈরাং লৈথবাল্!

ঈরোম্‌দা ওং
ইপাল্ লাংনা হেল্

মৈতৈ লৈমা ইভাটৈ

লাইজ ঈকোল্ লাং
ঈংনা মেঙ্‌না নৌ
খম্মোয় থুদিং হু
হেন্নৈ লৈছুংশি
থম্বাল্ কৌবী লৈছুংশি—
শীঁঙেল্ মাগী মতম্নিদো
নত্তে মশক্মক্লিদো
হুজা লৈরাং ইভাটৈ।

লোইবি লোক্তা ওং
উকা লাংমা হেল—
শনা কোক্‌থোল্ লাং
ঈংনা মেঙনা নৌ
মিৎফম্ থুদিং হু
হেন্নৈ লৈছুংশি
লৈস্না কৌবী লৈছুংশি—
লৈরাং মাগী মতম্নিদো
নত্তে মশক্মক্লিদো
হুজা লৈরাং ইভাটৈ।

লোইবি চৌংদা ওং
চৌংমায়. লাংনা হেল্
তলা উকা লাং

মকক্তুংদা—

ঈংনা মেঙ্না মৌ
থম্মোয় খূদিং চু
হেক্লে লৈহুংশি
তলা থবাল্ লৈহুংশি—
লৈরাং মাগী মতম্রিদো,
নত্তে মশক্ষ্রিদো
চুজা লৈরাং ইঙাবৈ।

মরাম্ চৌংদা ওং
হেম্বকোন্দা হেন্—
সনা সঙ্গায় লাং
ঈংনা মেঙনা নৌ
মপুই পুক্লীং চু
হেক্লে ইঙাবৈ
চুজা লৈরাং ইঙাবৈ
ইহুংগীনা থবাক্লে,
হুংখিলগীনা কবোক্লে,
নোংজাগীনা থাবটৈ।

পাউথোক্লদে চৌংদা ওংই চৌংগী হারি 'পিথক্,
লোক্তা ওংই পাউথোক্লুবে চৌংগী তাম্বা 'পিথক্।
শক্লে মগুণ্ অ'শবনা, তেংথাবৈ মথোক্লেন্
হুংশিহৌভোল্ পাউদবদা চুজা কনাই থোক্লেন্।

**কাবুল্লেদা**

## মৈতৈ লৈমা ইঙালৈ

মোক্লৈ মীনা লম্ক্ত চেক্লা—চৌঙা তেম্বা ময়না,
হটৈ চীন্দম্ অহাউবদ ভৌনৈ থোইনা নুনা।
ভম্জৈ মীয়োল্ অঙম্ অঙম্, লোটৈঙ্গে থবায় মাঙনা,
ভাটৈ মীনা থবায় ভানা লোল্ পুশা হুংশিনা।

লম্গী চেক্লা শকহেন্বী
ঙননা থোগাই পুরবী
মাশীনা চেক্লৈ খিলবী
মৈতৈ লৈমা ইঙালৈ।

হেন্থি সনা শঙ্গায়—মপুগী মায়োক্ লৈরাংনি,
কোইথি সনা কোহুং—মপুগী থোগল্ চেক্লানি।
লোন্থি ময়োল—হুংশিলৈশেরেংল্, হুথি মপুই থম্মোয়,
হাথি লৈনম্—হুংশিলৈনম্, ঙম্থি মপুই উন্গোই।
ভলাকোন্দা ইহুংদা মাচোংথানা লাক্‌পদা
শৈশক্চঙ্গুম্ চেক্লানা ভয়ায়জ উকাদা,
লমজাউকোন্দা থার্সানা নাশংথানা লাক্‌পদা
নোইজবগুম্ থেক্লা নৌ লৈনা থাঙ্‌না মালংদা,
হেম্মোইজ থংলেল কা থেক্লা নৌনা থোঙকয়া
হেদোনজ পাম্মু কা হুংশিপাউসা ভুকক্লা
লাইনা থাবা হুজামাই হুংশিকাদা লোইনা থা
পাম্মু মাবু মখুৎ চল্ হুজা মাগী মাবোক্ থা—
অয়া'চৈনা ঙয়াংগী হুজা ওইবী পুন্শিদা

## মোংজাই ঈচিক্

মঞ্চহুংদা—

মঙ্গাউনগুম্ লোইনা কাউ মঙকাওনরক তাইবংদা,
কোরৌ নোংজা অনীমা অপাম্ থোগল্ হন্না চঙ্
লেন্থি পুন্শি মকা লাম্হুংশিমঙলোন মঙ্লোন মঙ্
লম্গী চেক্লা চেক্লুংশি মৈতৈ লৈমা ইঙাল্লৈ
চীংগী লৈরাং লৈহুংশি ইহুং হেন্বী থরাক্লে।

লোইরে সিদা 'মৈতৈ লৈমা ইঙাল্লৈ' কৌবা 'উত্তরমঞ্চদা'
হায়রিবা অহুমশুবা সর্গগী মঙাশুবা অধ্যায়।

---

# অষ্টম্শুবা সর্গ

## তরুক্শুবা অধ্যায়

## নোংদমথীবী ইশাইনে

তম্লি লৈশাৎ মালংকোন্দা শীঁ ঙেল লৈরাং কয়া—
ঙেরবম্ব য়াওরি পুন্শি মথোই লল্ফা কয়া।
তম্লৈজ লৈশাৎ য়াচঙ্বদা শিংগাইরি কোবী লৈ,
কেলি লান্দ নোংজা পুঙ্গোম ইফুংনা শোয়ল্লিটৈঙ।
ওল্লি লৈদা তনৌ তনৌ ইঙৌ ইঙৌ ইচৌ—
উরুবদা লৈরাং মতৌ নৌই পুক্লীং ইনৌ।
ঙম্দে থম্মোয় ৱাকত্তবা নোংদম্ মাগী কাদা,
"তম্থিদকো নোংদম্ মঙসে শীঁঙেল্ শিংগাইরিদা,
হেক্কোক্পিরি করি নঙনা অসুক্ নোনা শীঁঙেল্,
নথুৎলেম্মি নথুখানি, কৌই করি পুক্চেল্!"
ৱাকচেদো কদৌরুনি, হাম্লিদেদো নাদা,
ফংদে পাঙ্থুম্ কদৌহুংদা—কাক্থোংবনি বন্দা।
গতি লৈত অশৈবনা কপ্চৈ থম্মোয় শোক্লা—
"কেলবোইয়ে লৈরাং নঙদে ইহুং য়োঙম্দনা!"

তেল্লু পুন্শি তম্লরুবী শীঁঙেম্নি শিংগাইরি,
নোংদম্থোল্লোম লৈথোক্ লোয়না শাৎলবী মানি লৈ।

# লোংজাই ঈচিক্

মধুসুংদা—

ওংলো 'হুদা হুংশিং কন্‌বা লোইবি চৌংগী নাপোম্,
কেন্‌মা তাই নোংদম্‌থীবী লৈ 'মুক্ হেন্ গন্ পুন্‌শি লোম্।
লৈরাংলক্কা শিংগারৈনি মৈত্রেমা ইত্তালৈ,
কেন্ন্ নোংঙানবুং মৈত্রিটৈ ওম্‌প্রবী মানি লৈ।
ওংস্ব ওংলে 'হুদা 'মুক্‌স্ব লৈমনিংথৌ কোন্দা
কললকণঘল্ হুংশিং কনবা পোইটৈ মৈতৈ পুংদা।
'ইকাইবনি চৌংগী লৈনা তাঙ্‌বল্ নাপ্প য়াবা'
চৎলি নারোল হুংশিং অমা—হল্লি লৈতে লেপ্পা।
লাক্লো নোংমা হুংশিং অদো—লাক্‌কম্ পোক্‌ই ঙম্মা,
ওইক মায়রম্, লোয়ক লৈথোক্ কেন্নি মাদি লৈমা।
লৈরি য়ারোই নোংজা পুঙ্গোয় পম্ভকবা কণদং,
অবাবনি থল্লবদা মালংনবা তাইবং!

হৈংনি লৈতে হৈমায়বা লৈনি লৈমায়না,
হৈরাং লৈরাং অপুগসে মালংকোল্ ওংজি.বা।
খেটৈ লোইনা শীঁজেল্ লৈনম্ খোয়বগুম্ লৈশক্,
তৈতৈন লোইনা তাউজিং মহাউ তৈনবগুম্ হৈশক্।
তাইবং মীস্ব অত্তমণ্ডায় খেটৈ লোইনা শক্কম্,
তৈতৈন লোইনা পুক্‌চেল খোয়জেল্ তৈমবগুম্ শক্কম্।
লৈদো 'হুবু খেমব'মা মীগা মথোয়সিগা—
কেংনক্কদে মথোয়সিদি কদৌ 'মনা 'মগা।
খাৎনৈ পায়নৈ হৈস্ব লৈস্ব তুমিন্ তুমিন্ 'হুম্ হৌ,

নোংদম্থীবী ইভাই

মথোয় কনাই মহাক্থংনি লাইদে থুংসেম্ কদো।
কদায় মীনি কোন্নায়রিদো, চংনি কায়না পথাপ্
লাংলু মৈশা—কয়কৃমিদৌ, তৌই কয়া ঙন্ পাপ্।
লিংই লৈদা পাপ্‌কী মৈফম্—লাংনৈ মৈশা কয়া,
মাঙনৈ ময়াম্ কয়ি লৈত্ত মীপুম্ কয়া কয়া।

উক য়াইক ইভাইগী মিংনানথি মীনা,
মীথি ময়াম্ নিংথৌ মাবু অঙম্ কোন্নায়'মনা।
"নিংথৌনবু য়েংদে লৈবাক্ চংনি মনীং হেক্,
চুংশিরিনি পীবা শাখি চাংদা ভোংবী 'মদা
ভয়াই ভয়াই লৈত্রেল্ খুভম্—জান্দি কয়ি লৈত,
কয়ি থোক্লে নোম্লে ইকোক লৈবাক্ ঐথোয় মাদা।
চুংশিজোনা কয়ি দৌনি য়ানৌ খুদা নাম,
য়ানগনি কয়ি মানা শনা ভাঙবল্ নাম!
পোকবয়া শনা লৈবাক্ লৈময়োল্ নীংথিবী
শনা ভাঙবল্ নাম য়াথা মতিক্ হেন্দোক্ চাবী!
চেয়ে ময়ায় অনৈথনা, অক্সবনা মভাই—
মাওবা য়াত্রা শনা লৈবাক্ অমম্ হেক ভয়াই!
লাক্থিগনি লাইগী য়ায়েল্, চাযথিনি চৈয়াক্,
নিংথৌ মানা থঙদে কয়ি তিংথৌনিদো লৈবাক্!

চুপ্নি লাক্লে চাংগী লৈনি মৈত্রেবা ইভাই,
চাংগী লৈ ওইয়ে কদৌনি, কয়ে মানা মৈতৈ।

মঙ্গলংদা—

পোক্লবনি পোইরৈ মৈতৈ লৈগা মানা 'মুক্ হল্
তোম্লবনি লনা লৈবাক্ শিংঙমদ্রবা লম্মল্।
ইদো মীদি—কোঙ্গায়নিদো, ঊশিংনা থোজান্নল্।
কাউই 'ঢুনা শিংবা হেক্ক গীগী তোল্লু' লম্মল্।
কাউবে মৈতৈ লৈমই লম্মল্ মঙ্গাউনগুম্ তন্ কাউ,
চৌংগী লৈনি হায়সিমদি য়াদে কদো থক্ কাউ।
য়েংশিন্খিদো অহোঙ্কদ লোইনা য়েঙ্ঙম্ মতম্,
য়াওখিদেদো শিঙ্খিন্বিব' বনা লাংলা মতম্।
নিংথৌ মাদি খিঙ্ঙেম্লিদো লৈগা মাদি নাশি,
কিক্ক খিঙ্ঙেল্ তাখি তম্না তাইনবদা নাশি।
"মূংলো লোইরে থোঙ্গুল্ মাগী" ঙাইথি তম্না তাক্লা,
ওইক্ক নাশি তাখি রাবা নোংদম্থীবী মুজা।

লৈরি 'সিদা 'মুকম্ব অমা থোইনা হেম্না লুবা—
পুন্শিনিদো চজা মাগী হান্না লৈফংলবা।
লঁঙ্ থীনা পলেম্ পম্বো অপাম্ মাগী মঙুং
তম্ত্রবীনি নোংদম্থীবী শাচ্চৌ ফানা লৈপুং।
"লুইদো পলেম্ পম্বো কোবা মচা ওইবই কাদা"
তাক্খিবনি চৌঙ্ মানা জগৎপোক্পী কাদা।
"হুংশিত্রবা মমা মপা মচা ওইবা মানা,
মাঙ্ জয়বনিদো থঙ্ মাইফপুম্বা লোইনা!
বাংজৈ কোয়ৌ কদোদেদো পম্বো মানা বাংই,

## নোংদম্থীবী ইভাটৈ

লুম্‌টৈজ মালেম্ অচুমডায়, পলেম্ মানা লুম্মি”
পটেক্ল 'ক্লনা যুগ থুদিং অথঙঅহৈশিংনা
থঙনৈ মীনা মাইফলবী মথোয়গী থৌজাম্না।
বারোৱবী মানি মজা পলেম্ পম্বৌ 'নীনা
পাম্মি কয়ম্ নোংদম্থীবী মাইক মরা ভানা!

কল্লো মুংশিং মুংলি মৈম্মি লৈরে লৈনা মৈচাক্,
চাক্থখিনি ঐদি মাদে লৈরি ঐগী ইচাক্।
লাক্লো উরথা কাশ্ম লৈমাং লৈরে লৈনা মরাক্,
শাখথিনি ঐদি মাদে লৈরি ঐগী ইরাক,
চৌক্লো তীরা শাস্তে লৈমাং মপুং ফানা কদৌ,
তবনিদো ঐদি শাচ্চৌ শাংনি মাদে কদৌ।
পান্নো তেম্না তাইদো লৈদা শাগল ফনা চেক্লা,
ভম্দে কাবা নোংদোল্ অমুক্ করি ঐদি ইশা।
চাক্লো লৈখ নম্জাউ থোম্না, বায়রো থাবৌ মৈম্মি
কোম্নি ঐদি তলা উজাউ কংদবমা উক্মী!
কংলুবদ নস্তে উম্নী মাঙ্‌তৈজ অদুম্ তম্না,
পোক্লুবনা শোম্না নৌনা তুম্‌টৈজ তন্ অচুম্বা।
মপাল্ কৈফদো তলা উজাউ কনবা ভম্দে উম্নী
মপাল্ ফক্ক উজাউ মানা থাঙবদনি মৈম্মি।

কম্মি চীংলা লাক্পা লাকপী লৈস্তে অতং অথম্।
“খঙ্‌লম্‌দেদো লাংলোল্ নঙবু অম্বক্ কুইনা মতম্

# নোংজাই ঐচিহ্

মকচুংদা—

হুংশিরমদে নঙনা 'খোয়বু" সোটৈ মুকম্ মুকম্
মদোম্ মদোম্ তুমিন্ তুমিন্—পিদি চহুম্ চহুম্।
হোলি সোর থম্মোয় ফুক্লা মায়ঙল তন্ মৈরম্ লৌ,
হুংশিমনথি মমোম্ মাযু হক্‌খিবোইদো রাম্লৌ !
ভাম্বি থর অমুক্ হুংখিল্ নৈক নোংমই খৌগাই,
লাক্লো নোংজা ঊইদো মমোম্, কম্নি থম্মোয় শেং কায়।
শক্‌খিবোইদো পিনা ঊনথা, সোরনা থাখি মৈশা,
খিংঙমলুদ নোংদম্ মানা বায়্‌খিবোইদো চুজা !
তারবমা লোইবা নৈবাং পুন্‌শি নৈনা পুন্‌শি,
তারবমা কংবা নঙবু ঊকা কোম্না ঊরী !
ও : খোইমোম্ নঙবু লায়িংখৌ, ঙম্লবোইদো কন্‌বা
লখিবনা পলেম পম্লৌ খোইমোম্ নঙবু খোইবা !

"ইমোম্ নঙবু তাবমা মুংয়াংনিংখৌ মমোম্লোয়'
কৌরে নঙবু নমানা মুংয়াংনৈমা ইতাবোয়।
লোইরে তাইবং নশিম্বা পাঙলে লোইনা নখৌগাই,
কাম্ময়রোই নৈথক নৈজে নঙী তৌনঙাই।
লাইরম্লেলপী নৈনি নঙ হল্লবাইরক্লো লাইপক্লেল্,
শাচ্চরবো নৈশাং তম্ পম্লৌ থমায় তন্ হেল্।
চংলসিনে ইমাগা ইমোম্ নঙবু হুংশিবী"
তাক্‌খি মঙদা নৈমা কা থমুং কিকোয় লৌওন্‌বী।
কপ্পা কপ্পা মঙলাল্ মঙ্ মঙকাওনথি তাইবংদা,

নোংবাম্ ঞিবী ইন্তাবৈ

ফংখি মশা তম্বক্ মথংলেন্গী শেগাদা।
থুকুখিবোইদো মথমোয়, কোনুখি চেজেং মথাদা
মথংলেনব পামুবা—থুপ্ খি মায়খোং থংকেল্ থা।
মচ্ ওই হাওই নিংখোয় কোনুখি হায়দই হেন্ চেং।
"ওঃ পুনিদকো খোঁতা অনীসিবু তয়া শেং!"

তাবক্ লৈমই অহিক্খোল্, চোংলক্ 'ময়্ মপিনা থা
নিংখো মায় তয়মক্ মফোওনখি তাইবংদা।
তম্ খি চুজা হিয়া হিক্ মতং মতং মঙ্গী পাউ—
মিংকী পিনা মিংলু থ্ম্ তাখি থংলেন্ মায় পাউ।
তাবক্ অময়্ মঙ্গী পাউ থুকুখি নিংখো মথমোয়,
মপাহোংদা অছুবু বাথিগনি থয়বোই
খোইনা হেয়া লৈমনা, খোশাদবা তয়া সা
চৌন্গোইয়কই সুংশিনা নিংখো মানা লৈমা কা।
"মকু মত্ নি থম্মোক্মি তুংশি নতবু বাগয়,
চৌত্ মানা ক্বিনি খোইনা বানা থয়ছ!"
হায়দি মহায় অময়া মথমোয়দি লৈতাদে—
"খোক্রো করি কত্তমুং করি ওইবা ঐহাক্কে!"
থয়া থয়া পায়মহুং কোনুখি চেজেং লৈমবু,
কিকবরা খোঁতা লাক্ লাক্থয়নি মহাকুপু!

জৈয়োমনা নুংখোং্ হাং জৈচৌল্ তয়া তয়া কাং
জৈকায়কুম্ চৌঙ্গোনহুং জৈকাম্রিয়ে তয়া কাং

# লোংজাই ঈচিক্

মক্লুংদা—

নিংথৌ সনা উনগোইহুং বাথন্দুনা অরাবা—
হুংবংনরি য়ৈহংথি অরাবনা য়ৌরবা।
তারি নিংথৌ তুমিন্ 'হুম্ লৈমা মারু থাদা কোল্,
মিৎকী পিনা শিহ্রক্ চোৎলি পুম্চোৎ কাব্রং মোল্।
ফুকথি মক নোংলৈনা তলা মাপী য়েক্লবা
শাংথ লেংথ তায়েদো নাপোমথক্তা অরাংবা।
থাঙ্মুদ হুংশিক উরী থাদা কোলিদো,
কবি গতি লৈক্লদ নোংজা লীক্লা থাঙ্লিদো।
চাকথেক্পিটৈ অহুটৈ শিবই বৈনা হুংশিলাই
মিৎকী পিদা চখিবোই লৈবা ওম্দ কোমপাই পাই।
হক্থেংনক কবি নোং হুংশি মাগা কবিহুং
লৈতে কনা কগুবা অগৎসিদা কদোহুং।

লৈমা মাহু গহুমতায় তারি তুমিন্ নিংথৌ কোল্
মিৎকী পিনা শিহ্রক্ চোৎলি মায়থোং কাব্রং মোল্।
থাঙ্মুদ পাম্বক তারি উরী তলা কোল্,
নোংজা লীক্লা ঈথাঙ্জ কোলি উয়াং লৈদা ওল্।
হুংশি মারু শক্থঙ্জু য়ুমা লোংমা কৌবা নোং
থোক্, কপ্কম্ কপ্নিয়ে লৈমা মাহু ওলি নোং।
পিদই হৌবা থোঙকমি পিনা খৈবা থোঙচৎনি,
পিগা পিগা চীলোক্লা বিদায়নবা পুন্শিনি।
হুডাইবদ মশকক্ ওইক্ল ভেংবাল্ মপুনা

## নোংদম্থীবী ইঙাটৈ

অরা মশক্ থঙ্নীংলু অমুক্ তম্না মহাক্না
সেম্লম্লবরা থঙদে পুন্শি অরাবদ হক্
নত্রবদি কবিশুং রাক্পগনি পুন্শি 'স্নক্,
মাঙলূগনি কবিশুং শুঙাইবনা তম্না তাক্
লাইঅহুংগী কোংগোন্ মতম্ তম্না থা তম্না তাক্!

লায়ুম্লিদো ভেংবানুবা, পোনি ঐথোয় থিবিক্না,
শায়বনি মনিং তম উদ' থুংফম্ অমনা।
পোকম্গীনি তাক্নবা শিবা চঙবা অনীমা,
থুংকমগীনি থোক্লুবা অরা শুঙাই থিবিক্না
লৈতে কদো ঐথোই থুং চঙ্দে ঐথোই অপাথা,
চৎপদনি ঐথোয়দি থুংশীল্ ভুংইল্ শায়বা।
শায়মীনা কদোশুং শায়বরা পোগী য়েং
নত্তবরা চৎপা পো শায়বইদ অহুম্ য়েং!
কেলি কবি শিঙ্গাটৈ ইনুং পূঙ্গোয় য়োঙম্দ,
কেন্দে কবি মালিকা লীক্না লোয়িন ইহুংদা!
কেন্দে কবি লৈরাংশিং! যাত্তি যুত্তি মালতি,
হৌমিয়বি ঙাক্লিদো, মায় মধুমালতি!
মপু মাগী মনীংনি মহাকীনি মশায়—
শায়বনা মাগীনি, ঐথোয়গীনি কপ্পনা।

"চৎপা তারে হুংশি ঐ হয়েন্ লান্দা হৌজিক্নক্
লাক্লে কোয়প্লে শগোলপাউ ইশানৌথোয় লোইনমক্!

মকচ্ছ্রদো—

য়োবা ভারে লান্‌কয়্‌দা ঙসি য়াচঙ্‌ অসিমক্‌,
চঙ্গদবনি ত্তন্‌ লাল্‌ ঙসি অহিং অসিমক্‌!
শগোল্‌ তোংবা তেংগোম্মি, লালোই মীকোক্‌ চাম্বনি'
নিংথৌ ইশামক্তিনা হয়েল্‌ লাক্তিংলুগনি!
লাইনীং পরে চেৎলম্মু কুইরোই ত্তম্না লাকনি,
নকৃই মপাউ থুন্দনি, অরাং লোইপাল্‌ চীংদনি!"
চীন্‌গোই চীন্‌গোই নিংথৌনা লৈমা মাবু থাদা কোল্‌
চেক্লা চীন্দিন্নবগুম্‌ চুপ্‌ থি ত্তম্না ওম্না ওল্‌।
ভাক মপাউ মথংলেলগী তাথি ত্তন্‌ অশাক্‌ অরাউ,
কোরৌ মানা চিংথাহন্নক্‌ ‧ নুথি ত্তম্না খোংনা লাউ।
ভাকৃই ত্তন্‌ মাঙজোনা অফ ফত্ত লোইনবা
থরায় মানা মীগী কা খোক্কদবা অপুম্বা।

"লোইরেদো ঙসিসিনা, ঙঃ লোইথিদকো থীনা,
অঃ ফংলরোইদো খোগল্‌ ইথংলেলগী 'মুক্‌ হম্না!
ওঃ নোংদম্বও নঙনা থীনমকৃহ ত্তম্‌থিদ
নোংদমৃথীবী তেংবী মুক্ত ঐপী লাইবক্তা!"
থম্ন বদা শম্মোংচুং লাইবকচাওবী মুক্তাদো—
অরাবনি য়েংবদা, মুক্তা মাপী মতৌদো!
ম্নিংকী পিনা ম্নিংলু থ্‌ম্‌ য়েংজৈ হঙ্গৎ মথংলেল্‌,
ভাঙদে রাই মচেৎ 'মক্ত য়েংজৈ অতম্‌ মথংলেল্‌।
শিহরি পি, চেহরি মরী মরী মায়থোংদা,

নোংদম্থৌবী ইচাহৈ

তাবি 'মুক্ চত্থম্ চত্থম্ তপ  তপ্ তম্না মশাদা।
পিরোয়নবী ময়ায়থোং লোৎলি 'মুক্ মথংহেন্দা,
থাঙ্লি কম্না ইক ইক্ ঈল্ য়েংলৈজে 'মুক্ মথংলেন্দা
লালোই থশোয় নুংথোঙ্ হাং ওকৃশি লিংথৌ পিনা পি,
পিগা পিগা চীলোক্না ঈংজথি শিৎ হুজাই পি;

তেন্গা লাংগনা তুং মাং নাকয়েৎ 'নীদনা শাহুই—
য়ারৌ শজি অশিথক্ হিংলুগনি কম্না কুই!
চারো যম্না ইংথোল্ পোৎ থারে শঙ্গল্ কন্বা য়াই,
চারো শঙ্গল্ মশানা লৈরি করি হিংনঙাই!
হিংলুগনি কয়ম্না লাইবক্চাউবী ইচাহৈ,
কেন্বা তাথি ওন্দ ওল্ নোংদম্থৌবী শিংগাহৈ।
লাংলেখি হৈ লিংথোনা কংজ থুদোং য়েংথিশিং
লৈমকোল্গা লোতুমা কাথি লৈমা থুংনি লিং।
লাঙ্মী শঙ্দা তম্না থা লোইশিন্নবা লাঙ্গোন্দা
মীনথি থোক্ল্ মুৎনবা কোরৌ নোংচমহন্দা।
নঙ্গ থোজাল্ মুৎপদি জগৎসিদা পুম্মুৎমক্—
কেনো শীঁতেল্ শিংগাহৈ, হমুদ্রবম্ কন্থমক্,
ওকৃচে ত্তিংথৌ মকা কল্, কোহৈ কোংগোম্ চক্'দ',
শীঁতেল্ মানা কংক্রিকাও থাদে কদৌ লৈমাহদা।

শোকনু লাকপা মথঁবায় উহৈ তৌরি' পুম্ম',
হুডাইথিদ তঙ্কি সোল্ কম্থি তুঁগিন্ মিকুপ্'মা।

## লোংজাই ঈচিক্

মকুচংবা—

লাম্নীশিংদা চিংনা য়েং চৌন্‌গোইযকুই ভম্না,
"তাও নম্নাম্ ঐই ইপাউথোল্ ইরোয় ইনাও থিবিম্ন',
নত্তে ঐথোয় মীহাৎপা, তোদে থকুম্ন মীহাৎপা,
ঈনশিলম্ন তোকদে, পাপ্‌নি থঙ্, মীহাৎপা!
লৈফংলবা লোইষদি চৈরাক্ পীক্রবদনি,
লৈবাক্ নিংথৌ থোদাদি, ঐথোয় ইশাই থোগাইনি!
কাউরেল্ যণম্ন নত্তে 'থোয়, হোংবে হেক্ক চৎকনি,
লাংগোহ মাম্ন নত্তে 'থোয় থোরে হেক্ক চেন্‌গনি,
তাউবা ছুইম্ন নত্তে 'থোয় থোজিলে হেক্ চিক্কনি,
নত্তে ঐথোয় পেন্‌খুম্ন থাজিলে হেক্ তুগনি,
কাইরেল্ য়েন্‌খাম্ন নত্তে 'থোয় থাজলে কাওগনি—
মীনিদো মী ঐথোয়সে, মীগী শাজৎ চৎকনি!

"নত্তে লৈমা লৈফংলুবা নত্তে লৈবাকীম্ন লাল—
লৈমকোয়া কল্লকুত ওইক্রবনি মাবু লাল!
অঙম্‌শিংনা য়েংথক্ক পীবিবদনি ময়াল্,
লৈত্তে কবি মশাদা সিনিদনা কৌ' ময়াল্!
লৈয়ো ময়াল্ কয়িঙং তন্ লৈফংনিঙাই ওইবা,
ওইক্ক মাদি কুপীজা মাদে 'তুম্ন লোইশিন্‌বা!
থুংজায়নবা নত্তয়ে ফৌবা কোয়ৌ হংশাদা
পথাপ্লিদো পথাপ্লি পোইবে মৈত্তৈ পুংসিদা!
'সিম্ন 'সিনি ইরোয়শা, লৈম্নি থোইনা লুব'মা,

নোংদমথীবী ইভাটৈ

ভয়ানিদ ওইরম্ব মজা মানি মৈত্রেমা।
পাম্বোঙইবীনি থং কো লৈবাক্ "থোয়গীনা ইমা,
লোইশিনসি মহাক্পু শক্তি তন্ হাৎপা ইমা!
লৈত্তে 'ঙবু ইপাংগল্ হৌজিক্ হৌভিষক্তদি
ফোংনা কন্‌বা মহাক্পু- য়েংসি অং ক থুগ্নদি!"

"পুম্বো লৈমা মহাক্পু লাঙ্গে'ল্ চৌংগী চৌঙ্গোলদা,
লোৎলু চেৎনা নংথোয়না মুয়াংনিংথৌ লাইকে'ন্দা!
ভেক্পা য়াদে মতু মাম্, কৎগি থুংদোল্ নিংথৌদা,
পীনগনি নিংথৌনা মনা চাউনা নথোয়দা!
পাল্লি থক্তা হুম্নিংপা অমম্ অভোল্ থায়বা লাই,
মিৎনা উ' লাই 'নীবু পল্ শরীনসি ঐথোয় থ্বায়!
চৌম্বোক্লবা য়াদেদো, য়াদে লান্‌বা নাথাং 'মা,
চৌম্নামোদো লোইনবা লোইম্নে লৈমা ভম্মা'
চৎলো নথোয় মীকোক্ 'হুম্ শেল্ল লৈমা নীংথৌনা,
য়াচঙ থুদিং পীউ পাউ নথোয় অহম্ লেং নাইনা!
পাম্বা কন্‌বা চৌংনি থঙ মিৎকুপ নাহম্ শিংউকো,
শোয়ফদবা পোৎনিদো, নিংথৌ পন্নি কাউহুকো!"
ভাখি মভোল্ শঙলাক্পা মথোয়শিংমু চিংনা য়েং,
"শোয়বা য়াদে পাউপীবা, ভাইদৌহিনি লখী য়েং!"

নোংদম্ মাগী নোংদম্‌থোল্ থঙলুগনি কনানা!
থিংথি তন্ চায়গি পৌযোল্ তম্‌থিয়বা নোংদমা

## মোংজাই ঈচিক্

মঙ্গমুংদা—

পোইরৈ মৈতৈ লৈমনি, মুজা মানি মায়োক্-লৈ
পোইরৈ মপু পাইথোবই কদৌরুমি ইঙালৈ,
লৈখিদেদো থোঙফম্বা মুজা মাগী থোঙদাওম্,
ফংখিদেদো থরায়'মা মুজা মাগী চঙ্নওম্,
মরাম্ লাক্পা লাক্পীগী মদোম্ শাংপী মমোয়ি,
পলেম্ পন্থৌ মকাদা মুমিথাগী মশক্কি।
ঙাইহরি 'সিদা অমুক্ম্ম কমকয়েংথিং'নীনা ঈ,
পাম্বা কৈনা থৌরাংগুম্ য়াবৌ শজি মাগী ঈ।
বারৌথিবোই মরায়বক নিথি মুজা থোইমোম্ কা
পীনবিরো পন্থৌ ওম্ লাইবক্ চাউবী নমোম্কা!
থাঙলুগনি কয়া কুই স্বর্গই লৈরাং উর্ব্বশী
মর্ত্তসিদা অনৈবা লূনা শাংপী লৈরুংশি!

ওংদে লাইজ ঈয়ীম্বা — ওমদে চীন্দম মরু'মা,
চিক্কে হৈরাং মওং'মা — ঙাঙ্দে বাগী মচেং'মা,
তুম্দে বাংলৈ মিকুপ্মা — চোইদে শমু মিংফম্বা
মুংয়াং নিংথৌ কান্থোং ওম্ — শমু মিংকম্ ওয়া থম্
মিংকী পিনা মিংলু থুম — শমু হকচাং লোইনা চুম্,
কম্মি লৈমা অহুম্বা — লেঙদে মশা খিত্তমা।
হৌথি মোংমা কৌবা নোং — লাক্থি নীনি কৌবা নোং,
চংথি নীনি কৌবা নোং — লাক্থি হুমি কৌবা নোং।
উনুথা চা' লৈরাং মওম্ — শীঁঙেল্ মরাক্ ওয়া কম্,

## নোংদমখীবী ইভাবৈ

লৈশাং লোই' শীঁজেল্ মতম্    লৈখোক্লিদ তম্না কম্
কেপ্পি কদায় কেনগুম্দ    কেন্খিঙ্গসি পুংগুম্দ
লৈরাংনা তরোই থাঙ্গুম্    শীঁজেন্না তরোই য়ান্গুম্
ফগ্নি লৈমা লৈচু ওল    মুয়াংনিংথৌ মিংথৈ সোল্,
পুংগুম্দনা মংক্চাং    তরোই তরোই তন্না থাঙ্

থাঙ্লুগনি কয়া কুই    ফম্লুগনি কয়া ছই।
নাকেম্বাদা উনানা    কেজবগুম্ ভুমিন্না
তরোই তরোই মংক্চাং    তাখি লৈমা কোক্ন্যা লাং।
লান্মী শঙ্দৈ তাক পাউ    থুক্শিবনা তম্না ঙাও,
লাংগোই শগোল্ শয়াং নেং    থাখি মৈদা তম্ন' নেং
শাঃকৈ কারল্ তম্না লাক্    থংগোল্ মনাং থানা লাক
য়োরম্নবোই তন্ নিংথৌ    শঙলাকপনা খোগল্ তৌ
তাঙ্গা অমিমক্তদা    মুয়াংনিংথৌ লাইকোন্দা—
লাংগোই থক্কই চোংথরক্    অঙাওবগুম্ চেঙ্খিলক্
লাক্লে হুংশি নথংলেন্    লোইরম্ পান্মু তন হয়েল্,
থক্ষনিদো শমীসো    য়েংউ কুৈম্ম তোগেদো,
হুংশিকাদা লঙলখা    মতু শোক্লি লাক্থুবা"
চীন্গোই চীন্গোই নিংথৌনা    শমু পাখোম্ অংগৌনা
লৈমা মাবু কোন্থংখি    শমু তম্দা থাজংখি।

পাইগে তৌক চেক্লানা    তোংথবগুম্ নীংহন্না
তোংখা তলা উকাদা    থম্ম কমি মংক্তা

# মোংবাই ঈচিক্

মকচুংদা—

বাংলৈ মিকুপ অমত্তং     স্বপ্নই মিৎকুপ অমত্তং—
হুংশি মখোল্ তাজরু     পাম্মু শউম ফংজরু
পম্বখিত্রা নীংহন্না     খঙদে পোম্বি থবায়না !
পাখি লৈমা মিৎম্না'নী     তরোইরবা মিৎম্নানি,
য়েংলৈজ তরোই হঙৎয়েং     শাম্নরবোই খিৎ মিৎয়েং !
তৌজৈ ইঙ্গিত তন্ খিত্তং     লুকথরকুউ থজিক্কং—
মিৎম্না মরি মিচ্চাটৈন     পিগা পিগা চীলোটক্ল.
খিজি লৈমা থুদোম্না     তনিক্ লৈহাউ লৈরেম্না
·ম্নজা ওইবী মঙক্কা     শিরি' চারিক্ পয়েংদা।
তৌই ইঙ্গিত নিংথোদা     হাপ্পু মাগী মথুক্তা,
মিংকী পিনা মিৎলু থ্ম     থংলেল্ মাগী থম্মোয় তুম
হাপ্নি নিংখৌ মঙদনি     থঙদ মশা কৈদৌরি

শমু পাম্বোম থাংওমদ লীক্লাং পয়েং বানা লৌ,
হকথি পাম্মু মঙক্কা লুকথরকুউ ইঙ্গিৎ তৌ।
"লীক্সি ঐনি খললুকো, পাম্মু নঙবু কাউগনু,
চৎলে ঐদি ওসি নোং, লীক্লাং অসি থাগনু
পুন্‌শিচুপ্পা কদৌহুং, কদৌহুংদা করিহুং
পেঙকগে ইথম্মোয় ননাও ঐনা কোয়ৌহুং"
হায়খিবোইদো হুজানা কাগি লৈয়েং কোঁওমদ !
মিংকী পিনা মিৎলু থ্ম য়েংলম 'মুক্কং নিংথোদা
মাচৎ থবাল্ মতম্নি, উইশিনথয়ে মিৎম্না'নী—

নোংদম্থীবী হঙাইল

তম্নরোই তম্নরোই লৈশাৎ কদো থম্বান'নী।
সুংশি মাবু থাঙমদ কোলি নিংথৌ তম্দা 'হুম্,
শিষ্টে পি মরী মরী অমুক্মুক চত্থম্ চত্থম্—
য়েংলি মায়থোং মুম্না মুন্, য়েংলি অচুম্ মুম্না মুন্,
চোইদে মিৎষম্ অমুক্ত য়েংই মুম্না অচুম্ মুন্।

ও: কেলবোই কেলবোই,
কেলবোইদো কেলবোই—
ও: কেলবোইদো লৈছুংশি,
পাম্মুই পাম্মুই লৈছুংশি,
পাম্মুইদকো পাম্মুইদা—
ও: পাম্মুইদকো লৈছুংশি!

কায়থিবোইদো মথম্মোয়, কপথিবোইদো উনগোইছুং
হোন্থি নিংথৌ অৱাসোর্—তিন্থি তুমিন্ থংগোম্নুং।

সুংশিজক নৌমল্লি থম্মোয় পান্বা তিংথোনা
থাদে কদো লৈমায়দা শীঁজেল্ মাবু শিংগাইর,
থিকই লাইজ লৌক্লামা শোক্ল থম্মোয় মাগী লৈ—
উ:দ 'হুবু কদোছুং শাথথিবা লৈৱাংনা।
কোইজ মাবু নিংথোনা কদোক্নি সুংশিনা
লৈথোক্ মাগী তম্না লোয় কেলবনি হঙাইল,
কেলবনি মতম্ লোই ইছুং হেন্বী থৱাইক্ল—
শাথরোই কদিছুং মালংকোন্দা লৈৱাংনা।

## মোংজাই ঈচিক্

মকচংদা—

উরু য়াংবা নিংথৌগী থম্মোয়পানবা অশৈবা
পেনা লুরেল্ থাদা থোং কপ্পা কপ্পা চৈজিং চিং
তেংগাথোল্লোয় চুংশিনা থম্মোয় খুদিং তম্নবা
তেংথাখিদো অতুঙৈ মিনা গিনা শরিক্ খিং
পাম্‌মচুংশি অনীগী অরা' শৈরেং তম্না পাল্।
শৈদক্কোথি মতম্না পান্ন, থম্মোয় য়োনা পাল।

চৌংদা শাৎপা ইঙেল
চিন্নদনা কেন্খিবা—
আঃ কন্নকৈ কন্নকৈ
আঃ কন্নকই-ও-দে!

ঐনা কেন্গে কেন্বরা
মালংবনা হুবগী
আঃ কেন্বনি কেন্বনি
আঃ কেন্বনি-ও-দে!

মালংবা ঐহু কদৌদে
লৈরাংনা লৈথোক লোয়বগী
আঃ কেন্বনি কেন্বনি,
আঃ কেন্বনি-ও-দে!

উক লৈরোই অরাবা চুজা মাগী ইঙাল,
চৌংগী লৈরাং লৈচুংশি ইচুং হেন্বী থরাল—




নোংদম্ বীবী ইডাটৈ

শোক্শি থম্মোয় ভাবুকী—মিংকী পিনা মিৎশু থ়ম্
নোংজাই ঈচিক্কাজুম্মদা তেংথাজথি য়েংনা স্থম্—

কেন্নবরা শিংগাটৈ শীঁজেল্ লৈয়াং লৈছুংশি!
শাংশি য়েংঙ্ মাল্লিকা যাতি যুতি মালতি
ছৌমিন্নবী লৈয়াংশিং, মাম্ব মধুমালতি
শাংথোগবা নহাকপো পুক্নোয় 'মক্তুং লৈছুংশি।
লৈগ্রি ঙাইথো নোংঙানবুং, লৈরি মোংজা লৈছুংশি,
পম্বথোবা নহাকপো নোংজা পুক্নোয় 'সিদমি,
ও: হেল্লথিনি ইঙ্কুং শামান্নবীশিংসিদি,
য়াওয়রোইদো নহাক্কি শীঁজেল্ লৈয়াং লৈছুংশি!
মালং ফু'শিং অফেবা য়েনি কিক্ক কেন্নবরা,
মক্কি লৈচু কেন্নবরা লাংঙ্ থংগোল্ অমকপা,
নোংদম্মক্কা শাথিথি য়াদবনা কেন্নবরা,
উক্ক কেন্নবা লৈছুংশি ঙমদে থম্মোয় কপ্তবা!
নোংদম্মক্কা ওইরবা ঙম্মোই ঐদি মীনিনা
ৰাকস্তবা নোংদম্কা "তমথি করি 'স্থক থীনা!"

---